# নিংথৌশিঙ্গী পোকপা অমশুং পুন্সি

১ **নোংদালাই পাখংব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩১০৮ চংবা ইঙা থাগী ১৫নি পানবা শগোলশেন নুমিৎকি নুংথিল চংলকপা থব্রাইপিচা থাদোন্ন পুবা মতমদা শাফোংই ।

**ফম্বাল তোংব চহি ঃ** নোংদালাইগী কুমশিং ২৭ চংলকপা খৃ: ৩৪ কালেন হুম্লি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎ থব্রাইপিচা ২৬শুবা বাকপা শজিক্রু পুব নুংথিল পোপ্তু হুল্লকপদা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৫৫ নোংদালাই চহিনা ১৪৭ চংবা শজিভুগী ১২ নি পানবা যুমশাকৈশা নুমিৎকি অযুক্ত শিখি। ৬নি শুবদ লুথাংথৌ, ১১নি চংবদা মথৌ য়াঙ্গেনবা লান্ন থৌবম পাংথোকখি। ফম্বলাল চহি ১২০নি । মহাক থক্তগী মশা ফংদবদগী পাঙ্গোংনা মহুৎশিন্ন চুকশা মৈথাবা হৌদোকখি।

২ **খুইয়োই তোম্বা ঃ**

নোংদা লাই চহি ১২০ লাংবচক্কি কমশিং ৩২২৮ চংব কালেনগী ৫নি পানবা শগোলশেন নুমিৎকি অয়ুক য়ুংথক খানব মতমদা পোকই ।

**লৈবাক ঙাকপা নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৫৫ নোংদালাই চহি ১৪৭ লমদা থাগী থামৈদগী নিংথৌগী থৌ পুবে ।

**ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৫৬ নোংদালাই চহি ১৪৮ ইঙেল থাগী ৩নি পানবা শগোলশেল নুমিৎ হবৈমযেনা পুব নুংথিলগী মতমদা মদাইবেন নোংমাইনুগ ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৩৬৪ নোংদালাই চহি ২৫৬ ফাইবেন থাগী থাশু নুমিত্ত শিখি । পুন্সিনা চহি ১৩৬ নি, ফম্বাল চহিনা চহি ১০৮ নি।

৩ **তাওথিংমাং ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৩৫৬ নোংদালাই চহি ২৪৮ শজিভু ১৪নি পানবা থৱাই পিচা নিংথৌ নাগনা পুব ইবাই নুমিৎকি যুংথক খাল্লকপা মতমদা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৩৬৫ নোংদালাই চহি ২৫৭ চংবা শজিভু ৩নি পানবা শগোলশেন নুমিৎ থবাইপিচা বাকপা শাজক্ক পুবদা লৈবাক ঙাক্লে। হান্ন যোইমোংবদ শিন্নবদগী মনাও তাওথিংমাংদা শিন্নবনি ।

**ফম্বাল তোংব ঃ** লাংব চক্কি কুমশিং ৩৪৩১ নোংদালাই চহি ৩২৭ হাওনুখু লৌদুনা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সি ঃ** চহি ১০৮ নি, ফম্বাল চহি ২৯ নি, লৈবাক ঙাক্লম্বনা চহি ৯৯নি।

৪ **খুইনিংঙোম্ব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৪৩৭ নোংদালাই চহি ৩২৯ চংবা ইঙা থাগী ৩নি পানব শগোলশেন নুমিৎকি কোলুপ্তা পোকই ।

লৈবাক ৱাযেল থৌপুবনা লাংবচক্কি কমশিং ৩৪৬৪ নোংদা লাই চহি ৩৫৬ শজিভু থাগী ৫নি পানবা নিংথৌকাব নুমিত্তগী কংলা শংব হৌবে।

**ফম্বাল তোংবা ঃ** মথক্কি অশিদ হাওনুহন্না ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৪৮০ নোংদা লাই চহি ৩৭২ চংবদ মশাগী চহি ৪৩ দা শিবে ।

৫ **পেংশিব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৪৫৬ নোংদা লাই চহি ৩৪৮ থৱান থাগী ২৩নি পানবা শগোলশেন নুমিৎকি যুংথক খাল্লকপা মতমদা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবা চক্কী কুমশিং ৩৪৮০ নোংদা লাই চহি ৩৭২ ফাইবেনগী নিংদুং ১২নি পানবা, ২৭নি পানবা যুমশাকৈশা অযুক য়ুথক খনবা মতমদা লোক্তোকখুনা ওইথম ফম্বাল লাংনা ফম্বাল তোংলে ।

**পুন্সি ঃ** চহি ৩৮ নি, ফম্বাল চহিনা চহি ১৪নি ।

৬ **কাওখম্ব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৪৭২ নোংদালাই চহি ৩৬৪ ফাইবেন থাগী ৩নি পানব শগোলশেন অযুক যুংথক হেক খানবদা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৪৯৪ নোংদালাই চহি ৩৮৬ কালেনগী ৫নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তগী ফম্বাল শংব হৌবে। লাইশোম চনু লৈমখুবী ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সি ঃ** লাংব কুমশিং ৩৫১২ নোংদালাই চহি ৪০৪ ফাইবেন থাগী ৫নি পানবা শগোলাশেন নুমিৎকি অহিংদা শিখি। মশাগী চহি ৪০নি।

৭ **নাওখম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৪৯৪ নোংদালাই চহি ৩৮৬ দা পোকই।

**নিংথৌ ওইব অমশুং ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৫১২ নোংদালাই চহি ৪০৪ লমদা থাগী ২৭নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকি নুংথিল পোপ্তা হুল্লকপদা নিংথৌ ওইবে।

**ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৫১৩ নোংদালাই চহি ৪০৫ হিযাঙ্গৈ থাগী ১৫নি পানব নিংথৌকাব থৱাই পিচা হবৈমযেনা পুব নুংথিলগী মতমদা যাওবোইবম চনু মংশাঙম্বীবু ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সি ঃ** নোংদালাই চহি ৪১২দা মশাগী চহি ৩৫দা ফম্বাল চহিনা চহি ১৬নি ।

৮ **নাওঙ্খংবা ঃ**

নাফোংবা লাংবচক্কি কুমশিং ৩৫১৪ নোংদালাই চহি ৪০৬ শজিভু থাগী নিলমাং শগোলশেন ১৫নি পানবা অহিং য়ুংথক খানবদা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৫২৯ নোংদালাই চহি ৪২১ লমদা থাগী ৩নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা খুমন চনু কাইরৈমা ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিঃ** চহি ১০৫নি, লৈঙাক্লম্বনা চহি ৯০ নি ।

৯ **শামৈরাং ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৫৯৮ নোংদালাই চহি ৪৯০ কালেনগী ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা নুংথিল চৱাইবকপা মতমদা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৬১৯ নোংদালাই চহি ৫১১দা নিংথৌ ওইবে । ফম্বালশু কমবোং নিংথৌ চনু লাইরৈমনা ওইথম ফম্বাল লাংদুনা হিয়াঙ্গে থাগী ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকি নুংথিলগী মতমদা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সি ঃ** চহি ৭০নি, ফম্বাল চহিনা ৪৯ থাজনবা চহি ৫০ নি ।

১০ **উরা কোম্বৌবা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৬৪৪ নোংদা লাই চহি ৫৩৬ লমদাগী নিন্দুং ৬নি কোনবা ২১নি পানবা ইরাই নুমিৎকি অয়ুক অঙনবদা কম্বোং চনু লাইরৈমা শঙ্গুমদুনা উবা কোম্বৌব পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৬৬৮ নোংদালাই চহি ৫৬০ দা কংলৈ শংবা হৌরে। মথঙ্গী চহি লাংঃ ৩৬৬৯ নোংঃ চহি ৫৬১ কালেনগী ৫নি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক অঙনবদা ফম্বাল তোংই । পুন্সিনা চহি ১১৮ নি, ফম্বাল চহিনা চহি ৯৪ নি ।

১১ **নাওথিংখোং ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৭০২ নোংদালাই চহি ৫৯৪ কালেন থাগী ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকি য়ুংথক খানবদা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা :** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৭৬৩ নোংদা লাই চহি ৬৫৫ দা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সি ঃ** চহি ১৬১ লৈবাক ঙাকলম্বনা চহি ১০০ নি ।

১২ **খোংতেকচা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৭৮০ নোংদালাই চহি ৬৭২ কুমজিন্দ খমশুরোন চিংয়াইশু শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব অমশুং ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৮৬৩ নোংদালাই চহি ৭৫০দা নিংথৌ ওইরে। লাংব চক্কি কুমশিং ৩৮৬৪ নোংদালাই চহি ৭৫৬ তা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ১০৪নি, নিংথৌ ওইবনা চহি ২১নি, ফম্বাল চহিনা চহি ২০নি।

১৩ **কৈরেনচা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৮৬৩ নোংদা লাই চহি ৭৫৫দা পুকৈরেনবী ব্রাঙ্গোন শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা অমশুং ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৮৮৪ নোংদালাই চহি ৭৭৬ তা নিংথৌ ওই। চহি অসিদা লাকম্বা লৌরুং পুরেনগী মচা লোইচাওম্বী লৌদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৬নি, ফম্বাল চহিনা ১৫নি।

১৪ **য়াইরবা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৮৮৯ নোংদালাই চহি ৭৮১ ফাইরেন থাগী ৫নি পানবা শগোলশেনগী অয়ুক্তা লৈমরেন লোইচাওম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৮৯৯ নোংদালাই চহি ৭৯১দা নিংথৌ ওইবে। ব্রাকচিং থাগী নিন্দুং ৮নি কোনবা ২৩নি পানবা শগোলশেন নুমিত্ত অবাম্বম চনু লম্বাশুবু লৌদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সি ঃ** চহিনা-চহি ৩২নি, কংলৈ শংবনা চহি ২২নি, ফম্বাল চহিনা চহি ২০নি।

১৫ **অয়াংবা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৯০৩ নোংদালাই চহি ৭৯৫ শজিভু থাগী ২১নি পানবা থাংজ নুমিৎকি নুংথিল শম্বুবকপদা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা অমসুং ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৯২১ নোংদালাই চহি ৮১৩দা কংলৈ শংবা হৌবে। মতম অসিদা অযাংবা চহি ১৮ চংলে। অঙৌপাম্বা চনু লম্বশু পান্নদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ১০৭ থাজনবা চহি ১০৮নি ফম্বাল চহিনা চহি ৮৯নি।

১৬ **নিংথৌচেং ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৩৯৮৫ নোংদালাই চহি চহি ৮৭৭ পোইনু থাগী ২১নি পানবা থাংজ নুমিৎকি নোংঙাল্লমদাইদা শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব অমসুং ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪০১০ নোংদালাই চহি ৯০২দা নিংথৌ ওইবে। থৌচাও চনু লম্বাশু লৌদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৬৪নি, ফম্বাল চহিনা ৩৯নি।

১৭ **চেংলৈ ইপানলাম্বুবা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪০৩১ নোংদালাই চহি ৯২৩ কালেনগী ৭নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকি নুংথিল পোপ্তা হুল্লকপদা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা ঃ** চহি লাংবচক্কি কুমশিং ৪০৪৯ নোংদালাই চহি ৯৪১ চহৌদা অবাম্বম চনু লম্বশু লৌদুনা নিংথৌ ওই।

**ফম্বাল তোংবনা ঃ** লাংবচিক্কি কুমশিং ৪০৪৯ নোংদালাই চহি ৯৪১ চহি অসিগী ফাইরেল থাগী ১৫নি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক্তা লম্বশুনা ওইথম ফম্বালনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৮নি, ফম্বাল চহিনা ২০নি।

১৮ **য়াংলৌ কৈকাব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪০৫০ নোংদালাই চহি ৯৪২ হিয়াঙ্গৈ থাগী ৫নি পানবা নিংথৌকাবগী নোংঙাল্লমদাইদা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪০৬৯ নোংদালাই চহি ৯৬১দা নিংথৌ ওইরে। মতম অসিদা মশাগী চহি ১৯চংলে। চহি অসিগী শজিভু থাদ খোংলৈমবু লৌদুনা কালেনগী ৩নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৫নি। ফম্বাল চহিনা চহি ১৬নি।

১৯ **ইয়েংব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪০৬৯ নোংদালাই চহি ৯৬১ লমদা থাগী থানিল শগোলশেন নুমিত্তা অয়ুক্কি মতমদা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪০৮৪ নোংদালাই চহি ৯৭৬ তগী নিংথৌ ওইরে। হাওরোকচম চনু হাওরৈমবু লৈমরেল হাপ্তুনা ফম্বাল তোংঙে।

**পুন্সি ঃ** চহিনা ১০৫নি, ফম্বাল চহিনা ৯০নি।

২০ **লোইয়ুম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪০৯৯ নোংদালাই চহি ৯৯১ কালেনগী ৫নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকি নোংঙানতু উরকপা মতমদ হাওরোংবম চনু তমহৈবী শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪১৭৪ নোংদালাই চহি ১০৬৬ অসিদা নিংথৌ ওইরে। চহি অসিদা শুমলৈমা লৈমরেন হাপ্তুনা ফম্বাল তোংলে।

**পুন্সি ঃ** চহি থাজনবনা ১২৩নি, ফম্বাল চহিনা চহি ৪৮নি।

২১ **লোইতোংবা ঃ**

লাংব চক্কি কুমশিং ৪১৮২ নোংদালাই চহি ১০৭৪ পোইনু থাগী ৫নি পানবা নিংথৌকাব নুমিৎকি অয়ুক য়ুংথক খানবদা পোকই।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪২২২ নোংদালাই ১১১৪দা নিংথৌ ওইরে। ফম্বাল তোংবশু চহি অসিগী লাংবন থাগী ৫নি পানবা শগোলশেন নুমিৎকি য়ুংথক খাল্লমদাইদ তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৬৮নি, ফম্বাল চহিনা ২৮নি।

২২ **অতোন য়োইরেম্ব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪২২২ নোংদালাই চহি ১১১৪ লাংবন থাগী ১১নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎকি অয়ুক্তা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪২৫০ নোংদালাই চহি ১১৪২ শজিভুগী ১২নি পানবা য়ুমশকৈশা অয়ুক য়ুংথক খাল্লমদাইদা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৪১, ফম্বাল চহিনা ১২ থাজনব চহি ১৩ নি।

২৩ **হেমতোন ইৱাম্বাব ঃ**

লাং: চক্কি কুমশিং ৪২২৬ নোংদালাই চহি ১১১৮ ইঙা থাগী ২১নি পানব ইরাই নুমিৎকি অয়ুক্ত শংলৈমনা শঙ্কুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব ফম্বাল তোংব ঃ** লা: কুমশিং ৪২৬৩ নোংদালাই চহি ১১৫৫ কালেন থাদগী হৌনা নিংথৌ খুবম ফংলে। চহি অশিদ লৈমবেন লিনশুরোন খুরোই ঙশ্বী ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংঙে।

**পুন্সি ঃ** চহিনা ৬৯নি, নিংথৌ ওইনা লৈবাক ঙাকপনা চহি ৩৩নি। ফম্বাল চহিনা চহি ৩২নি। শজিভু থাগী ৩নি পানবদ শিখি।

২৪ **থবাম্বাব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪২৬৮ নোংদা লাই চহি ১১৬০ ইঙেল থাগী ৩নি পানবা শগোলশেন নুমিৎকি নোংঙাল কোলুপ চংলকপদা লৈমরেন খুয়োই ঙম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪২৯৫ নোংদালাই চহি ১১৮৭তা নিংথৌ খুবম ফংলে। চহি অসিগী কালেন থাগী ১৫নি পানবা নিংথৌকাব নুমিৎকি অয়ুক য়ুংথক খাল্লকপগী মতমদা ফম্বাল তোংঙে।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৬৩নি ফম্বাল চহিনা ৩৫নি থাজনবা চহি ৩৬নি।

২৫ **চিংথং লাম্বুব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩০৩ নোংদালাই চহি ১১৯৫দা নোংপান চনু লৈমা চকপ্রম তৌকাইঙম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংব ঃ** লাংবচক্কি চহি ৪৩৩১ নোংদালাই চহি ১২২৩ ইঙাগী থানিল নিংথৌকাবগী নুংথিল পোপ্তা হুল্লকপদা নিংথৌ ওইরগনি তান্নরবদা খৈয়োইরোন নিংথেম পোকপীবু ওইথম ফম্বাল লাংহন্দুনা নিংথৌ ওইরে ফম্বালশু তোংলে।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৯নি ফম্বাল চহি থাজনরগা চহি ১১নি।

২৬ **পুরাম্বুব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৩২ নোংদালাই চহি ১২২৪ পোইনু থাগী ১২নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা খৈয়োইরোনবী শঙ্গুমদুনা পোকই। য়াম্মা অঙাং ওইনা নিংথৌ ওইবনা লৈবাক পুব ঙমদদুনা থিংবাই শেম্ভোংবনা তেংবাংদুনা লৈবাক ঙাকপগী থৌ পুই। চহি ৫ চংলকপদা লমচৎ পাম্মকতবদগী থিংবাই শেম্ভোংব তাম্ভোকখি।

২৬/২৭ **পুরাম্বাব -**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৪৭ নোংদালাই চহি ১২৩৯দা য়াওশোম্বী পান্নদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩১নি ফম্বাল চহিনা ১৬নি।-

২৮ **খুম্মোম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৩৫ নোংদালাই চহি ১২২৭ হিযাঙ্গৈ থাগী ১৭নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা খৈযোইবেম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৬৩ নোংদালাই চহি ১২৫৫ চংলকপদা যাংলৈঙম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওইবে। নিংথৌ ওইবা চহি অসিদা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৪৩নি, ফম্বাল চহিনা চহি ১৫নি।

২৯ **মোরাম্বা ঃ**

মোংজাম্ব লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৬৩ নোংদালাই চহি ১২৫৫দা যাংলৈ ঙম্বীনা শঙ্গুমদুনা ফম্বাল তোংব কুমদা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৭৮ নোংদালাই চহি ১২৭০দা নোংবাল্লোন খুমন খোম্বী লৌদুনা নিংথৌ ওইবে। চহি অসিদা খুমন খোম্বী ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৯নি, ফম্বাল চহিনা ২৪নি।

***খঙ্গদব :*** মোবাম্বা নোংদালাই চহি ১২৭৭তা মোবাম্বনা নিংথেম্মুবী থোংজাওবী মফমদা তাংথ হাথকদুনা থা ৪গী ঈ নাওদাবু মিউ তমদবদা পিখী অদুগীদমক মোবাম্ববু মোংজাম্বা কৌখি।

৩০ **থাংপি লাম্বুবা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৮৩ নোংদালাই চহি ১২৭২ খমুন খোম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪০২ নোংদালাই চহি ১২৯৪দা নিংথৌ ওইবে। ফম্বাল তোংবনা লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪০৩ নোংদালাই চহি ১২৯৫দা ইরাংলোন যোইবেন তোনপোকপী ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৪৪নি, লৈঙাক্লম্বনা চহি ২২নি, ফম্বাল চহিনা চহি ২১নি।

৩১ **কোংয়াম্ব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৩৫১ নোংদালাই চহি ১২৪৩ লৈমবেন যাওশোম্বীনা ব্রাঙ্গোন শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪২৪ নোংদালাই চহি ১৩১৬তা ইবেম্মা খম্বফবীগা লোইননা নিংথৌ ওইবে। চহি অসিদা লৈমবেন হাপ্তুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৮৪নি ফম্বাল চহিনা চহি ১১নি।

৩২ **তেলহৈব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪২৪ নোংদালাই চহি ১৩১৬তা খম্ব-ফবীনা শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৩৫ নোংদালাই চহি ১৩২৭তা নিংথৌ ওইবে।

**ফম্বাল তোংবনা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৩৭ নোংদালাই চহি ১৩২৯দা শনালেম্বীনা ওইথম ফম্বাল লাংদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩১নি, ফম্বাল চহিনা চহি ১৮নি।

৩৩ **তোনাম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪২৫ নোংদালাই চহি ১৩১৭তা লৈমবেন খম্ব ফবীনা শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইবনা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৫৫ নোংদালাই চহি ১৩৪৭তা নিংথৌ ওইবে।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৫নি, লৈবাক ঙাক্লম্বনা চহি ৫৩নি।

৩৪ **তবুংব ঃ**

শিতবুংবা লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৩৯ নোংদালাই চহি ১৩৩১ লৈমবেন স্নাবেম্বীনা ব্রাঙ্গোন শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব, ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৬০

নোংদালাই চহি ১৩৫২দা লমফেল ঙম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওইবে। চহি অসি মক্তদা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা** ঃ চহি ৫৬নি, ফম্বাল চহিনা চহি ৩৫নি।

৩৫ **লাইরেম্ব** ঃ

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৬১ নোংদালাই চহি ১৩৫৩ লমফেল ঙম্বীনা শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব** ঃ লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৯৫ নোংদালাই চহি ১৩৮৭তা নিংথৌ ওইবে।

**পুন্সিনা** ঃ চহি ৩৯নি। চহি ৫ লৈবাক ঙাকখি। মতুংদ চহি ৫ নিংথৌ পানখিদে।

৩৬ **পুন্সিব** ঃ

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৪৬৫ নোংদালাই চহি ১৩৫৭তা লমফেন ঙম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই।

**নিংথৌ ওইব** ঃ লাংবচক্কি কুমশিং ৪৫০৫ নোংদালাই চহি ১৩৯৭ তা চহি ৫ নিংথৌ পান্দনা লৈকবদগী তবুংবনা পোক্লম্বা পুন্সিবনা নিংথৌ ওইবে। চহি অশিদ ইবেম্মা লম্বাশু লৈমবেল হাপ্তুনা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা** ঃ চহি ৬৮ নি, ফম্বাল চহিনা চহি ১৮ নি।

৩৭ **নিংথৌখোম্বা** ঃ

লাংবচক্কি কমশিং ৪৫০৮ নোংদালাই চহি ১৪০০ দা লম্বাশু শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব** ঃ লাংবচক্কি কুমশিং ৪৫৩৩ নোংদা লাই চহি ১৪২৫ লিঙ্খোই ঙম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই ।

**ফম্বাল তোংব** ঃ লাংবচক্কি কুমশিং ৪৫৩৪ নোংদালাই চহি ১৪২৬ তা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা** ঃ চহি ৬০নি ফম্বাল চহিনা চহি ৩৫নি ।

৩৮ **কিয়াম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৫৪৪ নোংদালাই চহি ১৪৩৬ তা লৈমরেল লিম্বোই ঙম্বীনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব** ঃ লাংবচক্কি কুমশিং ৪৫৬৮ নোংদালাই চহি ১৪৬০ দা শেনবুং লোৎপী লৈমরেল হাপ্পুনা নিংথৌ ওইরে, ফম্বালশু চহি অশিদ তোংই ।

**চহিনা** ঃ পুন্সি চহি ৬৫ নি চংবনি । ফম্বাল চহিনা চহি ৪০ নি ।

৩৯ **কোইরেম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কমশিং ৪৫০৮ নোংদালাই কুমশিং ১৪৮০ দা লৈশাংথেম চনু লৈমরেন অপাম্বীনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব** ঃ লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬০৮ নোংদালাই চহি ১৫০০ দা নিংথৌ ওই । ফম্বালশু চহি অশিদা তোংই ।

**পুন্সিনা** ঃ চহি ২৪নি লৈঙাক্লবনা চহি ৪ নি ।

৪০ **লমকিয়াম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৫৮৯ নোংদালাই চহি ১৪৮১ দা শেনবুং লোৎপী শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব** ঃ লাংবচক্কি কমশিং ৪৬১২ নোংদালাই চহি ১৫০৪ দা চাখা তাংখুল ঙম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই । ফম্বালশু চহি অশিদা তোংই।

**পুন্সিনা** ঃ চহি ৩৪ নি ফম্বাল চহিনা চহি ১১ নি ।

৪১ **নোংইন ফাব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬১৪ নোংদালাই চহি ১৫০৬ তা ইবেম্মা অপাম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব** ঃ লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬২৩ নোংদালাই চহি ১৫১৫ দা নিংথৌ ওই ।

**পুন্সিনা** ঃ চহি ১৩ পুন্সিখি ।

৪২ **কবোম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬১০ নোংদালাই চহি ১৫০০ দা তাংখুল ঙম্বীনা শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬২৭ নোংদা লাই চহি ১৫১৯ দা শজিভুগী নিলমাং ৩ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা নিংথৌ ওই ।

**ফম্বাল তোংবা ঃ** মথক্কি চহি অশিদ ইবেম্মা থিংবা ঙম্বী লৌদুনা মেবা থাগী থানিলদা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ২৪নি ফম্বাল চহিনা ১৫নি ।

৪৩ **অতোংজাম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৩৩ নোংদা লাই চহি ১৫২৫ ইবেম্মা লৈশাংথেম চনুনা শঙ্গমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৪২ নোংদালাই চহি ১৫৩৪ দা নিংথৌ ওই । ফম্বালশু চহি অসিদা অঙোম লাই ঙম্বী লৌদুনা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ১৩ নি ফম্বাল চহিনা ৩ নি ।

৪৪ **চলাম্ব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬১৩ নোংদালাই চহি ১৫০৫ দা অঙোম চনু হাওচোংঙম্বীনা শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৪৬ নোংদা লাই চহি ১৫৩৮ দা লমফেল ঙম্বীগা, কোংবম চনু তোলোং খোম্বীগা লৌদুনা নিংথৌ ওই । ফম্বালশু মথক্কি চহি অশিদ ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা :** চহি ৪৯ নি, ফম্বাল চহিনা ১৬ নি ।

৪৫ **মুংয়াম্বা ঃ**

লাংব চক্কি কুমশিং ৪৬৪৭ নোংদালাই চহি ১৫৩৯ দা লমফেল ঙম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৬৩ নোংদালাই চহি ১৫৫৪ দা ইবেম্মা চংপোম্বী লৌদুনা নিংথৌ ওই ফম্বালশু তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** চহি মপুংদা ৫১ থাজনবা চহি ৫২ নি । ফম্বাল চহিনা চহি ৩৬ নি ।

৪৬ **খাগেম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৭৬ নোংদালাই চহি ১৫৬৮ দা লৈমবেন চংপোম্বীনা শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৯৮ নোংদালাই চহি ১৫৯০ ইঙা থাগী নিলমাংদা (৭নি পানবদা) লৈবাকপোকপগী নোংডাল তু উব মতমদা নিংথৌ খুবম ফংলে ।

**ফম্বাল তোংবনা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৯৯ নোংদালাই চহি ১৫৯১ হিয়াঙ্গৈ ১৭নি পানবা যুমশকৈশা নুমিত্ত ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৭৫ থা ৫ নুমিৎ ১৪নি থাজনবা চহি ৭৬ নি । ফম্বাল চহি ৫৫ থাজনবা চহি ৫৪ নি ।

৪৭ **খুঞ্জাওব ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৭১৮ নোংদালাই চহি ১৬১০ দা তাইপোম্বীনা শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৭৫২ নোংদালাই চহি ১৬৪৪ ইঙেল থাগী থামৈদা নিংথৌ ওই ।

**ফম্বাল তোংবা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৭৫৪ নোংদালাই চহি ১৬৪৬ কি কালেনগী ৩নি পানবা ইবাই নুমিত্তা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৪৮ চংবদা শিখি । ফম্বাল চহিনা চহি ১৩ থা ৫ থাজনবা চহি ১৪ নি ।

৪৮ **পাইখোম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৬৫৭ নোংদালাই চহি ১৬৪৯ দা শোইবম চনু ঙানু থুম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা :** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৭৬৬ নোংদালাই চহি ১৫৮৭ লাংবন থাগী থানুংদা নিংথৌ ওই । ফম্বালশু তোংই ।

**পুন্সিনা :** চহি ৪১ নি, ফম্বাল চহিনা চহি ৩১ থা ৩ থাজনবা চহি ৩২ নি।

৪৯ **চরাইলোংবা :**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৭৮০ নোংলাই চহি ১৬৭২ দা ইবেম্মা ঙাইখোংঙম্বী শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা :** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৭৯৮ নোংদালাই চহি ১৬৯০ ইঙা থাগী নিলমাংদ শাপম চনু নুংথিল চাইবী শেম্বী পাওব্রা মাক্লৌরেম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই, ফম্বালশু তোংই ।

**পুন্সিনা :** চহি মপুংদা ৩০নি থাজনবনা চহি ৩১নি। ফম্বাল চহিনা চহি ১২ নি।

৫০ **পামহৈব = গরিবনিৱাজ :**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮০০ নোংদালাই চহি ১৬৯২দা নুংথিল চাইবী শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইবা :** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮১০ নোংদালাই চহি ১৭০২ দা নিংথৌ ওইরে।

**ফম্বাল তোংবনা :** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮১৫ নোংদালাই চহি ১৭০৭ শজিভু থাগী ৭নি পানবা নিংথোকাব নুমিৎকি নুংথিল পোপ্পা হুল্লকপা মতমদা ৱায়েনবম চনু থম্বালবতীবু লৈমরেল হাপ্পুনা ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা :** চহি ৪৮ নি, ফম্বাল চহিনা চহি ৩৩নি । লৈবাক ঙাক্লম্বনা চহি ৩৮নি ।

৫১ **শমৈরাং জিৎ শাই :**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮১৫ নোংদালাই চহি ১৭০৭ তা পোকই।

**নিংথৌ ওইবা :** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৪৮ নোংদা লাই চহি ১৭৪০দা নিংথৌ খুবম ফংই । পুন্সিনা চহি ৩৭ নি ।

৫২ **ভোরোশাই ঃ**

ব্রায়েনবম চনু থম্বালনা পোকপনি ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংব চক্কি কুমশিং ৪৮৫২ নোংদালাই চহি ১৭৪৪ দা ফাইরেল থাদগী নিংথৌ ওইরে । চহি ২ লৈবাক ঙাক্লম্মি ।

৫৩ **অনন্দ শাই ঃ**

লাইরিকয়েংবম চনুনা পোকপনি ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৫৪ নোংদালাই চহি ১৭৪৬ ফাইরেন থাগী ৫নি পানবা বাংলা তাবিক ৭ শগোলশেন নুমিত্তা নিংথৌ খুবম ফংলে । লৈবাক ঙাক্লম্বনা থা ১০ থাজনবনা চহি ২ পানখি ।

৫৪ **গৌরশ্যাম শমজাই ঃ**

খুবাই লাকপগী নুপী ব্রাহেংশুনা পোকই । নিংথৌ ওইব লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৫৫ নোংদালাই চহি ১৭৪৭ তা নিংথৌ ওই । চহি ৬ পাল্লি থাজনবা চহি ৭ নি ।

৫৫ **চিংথংখোম্বা ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৪৯ নোংদালাই চহি ১৭৪১ ইঙা থাগী থানিল নোংমাইজিং নুমিৎকি যুংথক খানবদ চাখা মবিংখোম্বী অমুকশু শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৬৩ নোংদালাই চহি ১৭৫৫ লামদাগী ২১ নি পানবা ইরাই নুমিৎকি অয়ুক পুং ৯ তাবদা নিংথৌ ওইরে।

থবানগী ২১ নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিত্ত মতোন অনন্ত শাইনা শিন্দুনা ফম্বাল অহুম্লক ফমখি । অদুগা মতোন মন্ত্রিনা থাজনবা অশিগা থানা ৪ রক ফমখি ।

ঔব্রা লান লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৬৫ নোংদালাই চহি ১৭৫৭ তা লান্দারকপদগী লান চেল্লি। খেলৈ নোংনাং তেলহৈবনা ঙাক্লে ।

**৫৬ খেলৈ নোংনাং তেলহৈব :**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৭০ নোংদালাই চহি ১৭৬২ দা চিংথংখোম্বগী মনাইশিংনা হাৎলে ।

খেলৈ নোংনাং তেলহৈবনা ঙাক্লম্বা চহি ৫ পাল্লম্মী ঙাক্লম্মি ।

চজিংদা পুথ্রি অচৌবা তৌদুনা চজিঙ্গী নুপীশু লৌদুনা ঙাইশেন য়াম্লব শঙ্গাই অমা শাদুনা লৈবিঙেদা ফাইবেন থাদ লান্দবক্তুনা অমুক হন্না লান চেল্লে ।

**৫৭ কৈবিরাম :**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৭২ নোংদালাই চহি ১৭৬৪ দা কৈবিবাম্না ঙাকহৌবে। কৈবিবাম্না চহি ১ ঙাক্লম্মি ।

**৫৮ কোকিলানন্দ :**

লাংবচক্কি কমশিং ৪৮৭৩ নোংদা লাই চহি ১৭৬৫ দা লৈবাক ঙাক্লে ।

**৫৯ ভাবান্দার :**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৭৮ নোংদালাই চহি ১৭৬৬ তা লৈবাক ঙাকপা হৌবে ।

**৬০ বাংখৈ খুল্লিং :**

লাংবচক্কি কমশিং ৪৮৭৫ নোংদালাই চহি ১৭৬৭ তগী লৈবাক ঙাক্তুনা চহি ১ পাল্লে ।

**৬১ চিংথংখোম্বা :**

লাঞ্জেল্লুব অমুক হল্লক্তুনা লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৭৬ নোংদালাই চহি ১৭৬৮ লাংবন থাদগী বিষ্ণুপুবদা সনা থৌগল লালুপ কাব হৌবে।

পুন্সিনা চহি ৬১ পাল্লম্মি।

**৬২ লাবৈন্য চন্দ্রা :**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৬৫ নোংদালাই চহি ১৭৫৭ তা পোকই। অখাম চনু ঙাংবীনা পোকই।

**ফম্বাল তোংবনা ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯০১ নোংদালাই ১৭৯৩ দা ফম্বাল তোংই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৭নি থাজনবা চহি ৩ পাল্লম্মি।

৬৩ **মোধুচন্দ্র ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৬৫ নোংদালাই চহি ১৭৫৭ তা পোকই। ঙাংবম চনু হরিমতীনা পোকপনি।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯০২ নোংদালাই চহি ১৭৯৪ দা নিংথৌ ওই।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৩৯ নি পাল্লম্বনা চহি ২ থা ৩ থাজনব চহি ৩ নি।

৬৪ **চৌরজিৎ ঃ**

চিংঙাখম্বীনা পোকই। লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯০৪ নোংদালাই চহি ১৭৯৬ তা চৌবজিৎ নিংথৌ ওইবে।

**নিংথৌ ওইরম্বা ঃ** চহি ১০নি মচেৎনা থাজনব চহি ১১নি।

৬৫ **মারজিৎ ঃ**

নুংথিল চাইবীনা পোকপনি। লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯১৫ নোংদালাই চহি ১৮০৭ তা নিংথৌ ওইবে চহি ৭ পাল্লম্মি।

৬৬ **হইদ্রুব শুবল ঃ**

লৈবাক ঙাকহল্লু ঔব্রানা হাইরক্লুনা লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯২১ নোংদালাই চহি ১৮১৩ লৈবাক ঙাক্লে।

৬৭ **যুমজাওতাব ঃ**

মোধুচন্দ্রনা পোক্লম্বনি । মহাক্না মথক্কি চহি অসিদা লৈবাক অমুক ঙাক্লে।

৬৮ **গম্ভীরসিং ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৮৮৭ নোংদালাই চহি ১৭৭৯ দা খুম্বোং চনু ভৈগ্যাপতিনা পোকই । গমভির সিংহনা পাও তারদুনা যুমজাও

তাববু তাম্বোক্লগা লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯২২ নোংদালাই চহি ১৮১৪ দা লৈবাক ঙাক্লে। থা ৬ ঙাক্লম্মি।

**ভদ্রসিঙ্গ** ঔৱাগা তান্নবগা গম্ভীরসিংবু থাজনবা থা ৭ ঙাক্লম্মগা তাম্বোকখিবনি।

৬৯ **যাদোপসিং ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯২২ নোংদালাই চহি ১৮১৪ লৈবাক ঙাক্লে। থা ৯ লৈবাক ঙাক্লম্মগা বাঘোপনা অমুক ঙাক্লে।

৭০ **রাঘোপ সিং ঃ**

লৈবাক ঙাক্লে। লৈবাক্কি ইবাংদ থাংব ঙমদদুনা থা ৬ মচেত্তদি চহি ১ লৈবাক ঙাক্লম্মগা লৈবাক থাদোক্লুনা চেনখ্রে।

৭১ **ভদ্রসিং ঃ**

লাংব চক্কি কুমশিং ৪৯২৫ নোংদালাই চহি ১৮১৭ হৌনবি কাইদনা ফম্বাল তোংই ।

৭২ **গম্ভীরসিং ঃ**

লাংবচক্কি কমশিং ৪৯২৬ নোংদালাই চহি ১৮১৮দা অমুক হন্না নিংথৌ ওইবে ।

মথক্কী লৈঙাক্লম্বশিংবু ঔৱানা মৈতৈ খোম্বা হাযনা পুযাদ থমখি। লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৩২ নোংদা লাই চহি ১৮২৪ গী লমদা থাদ ফম্বাল তোংই ।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৪৭নি লৈবাক ঙাক্লম্বনা মপুংদা চহি ৮ থা ৫ তনি।

৭৩ **চন্দ্রকৃর্ত্তি ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৩৩ নোংদা লাই চহি ১৮২৫ মেরা থাগী পানখৎলকপগী ১৩নি পানবদা নোংয়াইগী মতমদা কুমুদিনিনা শঙ্গুমদুনা পোকই ।

**নিংথৌ ওইব ঃ** লাংবচক্কি কুমশিং ৩৯৩৪ নোংদালাই চহি ১৮২৬ তগী নিংথৌ খুবম ফংখি। চহি ১১ চংলকপা মতমদা ব্রাথোক অমদগী মমানা কছাবদ পুদুনা চেনখি।

**৭৪ নরসিং ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৪৪ নোংদা লাই চহি ১৮৩৬ তা নিংথৌ ওইবে।




মবম অসিনা অনী অশি মচিন মনাও থোকই।

**৭৫ দেবেন্দ্র ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৫১ নোংদালাই চহি ১৮৪৩ কালেন থাদ নিংথৌ ওইবে। থা ৯ লৈবাক ঙাক্লম্মি।

**৭৬ চন্দ্রকৃর্ত্তি ঃ**

অমুক হন্না লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৫১ নোংদালাই চহি ১৮৪৩ ফাইবেল থাদ পাল্লে। মতম অশিদ মশাগী চহি ১৮ চংলে মপুংদা চহি ১৭ তনি।

**পুন্সিনা ঃ** চহি ৫৪ নি। ফম্বাল চহিনা চহি ৩৬নি। পাল্লম্বনা চহি ৪৬ নি।

৭৭ **শুবচন্দ্র ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৮৭ নোংদালাই চহি ১৮৭৯ দা নিংথৌ ওইবে ।

৭৮ **কুল্লচন্দ্র ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৯১ নোংদালাই চহি ১৮৮৩দা নিংথৌ ওইবে।

৭৯ **চুরাচান্দ ঃ**

লাংবচক্কি কুমশিং ৪৯৪২ নোংদালাই চহি ১৮৮৪ খ: ১৮৯১ দা নিংথৌ হাপ্লে ।

***খঙ্গদবা :*** খৃষ্টাব্দ চহি অশিগী এপ্রিল থাগী তাং ১২ শজিভু থাগী ৪নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা চৈবাওখি হায়না কুম্ববদা ইবি। এপ্রিল থাগী নুমিৎ ৩০নিশু নোংমা কান্দনা লোন্নদনা চৎলি। অদুগা বাঙ্গাল্লি তাবিকশু বৈশাখ থাগী তাবিকশু মথং মনাও নাইনা অদুম চৎলি। মৈতৈ ঐখোযগী থবান্দি লোন্নব, হঞ্জিনবা মবক মবক্ত মযাওই। বৃটিশনা খোংজোমগী লান্দ পা'ওনা শিবদগী বৈশাখ কালেনগী ২নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তগী লৌখ্রে হায়না খম্নুং ইঙাল লৈশাব = সনা পুযার্দাদ মযেক শেংনা যাওবি। যেৎনব অর্মদি ইযাও যাওবি যেৎর্নানিংঙাই থোইনা লৈতে; ইংলিশ বাঙ্গাল্লি তাবিক্ত লোনশিন্নব অমত্তা যাওদবনা যেৎনীংঙাই লৈবোইদ্র খল্লি। এপ্রিলগী তাং ১২দা চৈবাওই হাইববনিনা অশি ফাওবশি চৈত্রগী অবোইব তাবিক চডক পুজা ওইফম থোকই।

নোংঙাল্লগা এপ্রিলগী তাবিক ১৩নি বাঙ্গল্লিগী বৈশাখ তাবিক ১ অদুগা মৈতৈগীদনা ৫নি পানবা নিংথৌকাব নুমিৎ ওইগনি । ইংলিসকি তাবিক ১২ হাইবদি চড়ক পুজা = চৈবাওব চৈত্রগী অবোইব তাবিক্তগী মথং মথং থিদবকপদ এপ্রিলগী থা লোইব তাবিক ৩০ দা বাঙ্গাল্লিগী থা বৈশাখগী তাবিক্তি লোইদ্রি। হাইবদি এপ্রিল তাবিক ৩০দা বৈশাখ তাবিক ১৮নি অদুগা মৈতৈ ঐখোইগী থবান্দনা ২২নি পানবনি। খম্নুং ইঙাল লৈশাব পুয়াদ হাইবিবনা বৈশাখ কালেনগী ২নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা বৃটিশনা কংলা লৌখ্রে । অশুম্না

ইদুনা থম্মীবম্মি। ব্রাফম অশিদগী ঐখোইনা খংবদি বাঙ্গাল্লিগী বৈশাখ থাগী মনুংদা মৈতৈগী কালেন থা চংলে হাইবশিমদি ময়েক লানা লৈবে।

মৈতৈগী শজিভু থা লোইদুনা কালেন থা চংবশি মে থাগী তাবিক ৮নি। বাঙ্গাল্লিগী তাবিক্লা ২৬নি। কালেনগী ২নি পানবা নোংমাইজিংদা কংলা লৌখি হাইনা ইবম্মবনিনা কালেন মেগী তাং ৯ বৈশাখ তাবিক ২৭ কালেনগী ২নি পানবা নোংমাইজিং অশি ওইগনি ।

পাওনানা লান চংপশি মেগী তাং ৫ বৈশাখগী তাবিক ২৩ শজিভুগী ২৭ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা চংপা ওইগনি। ইংলিশ অমশুং বাঙ্গাল্লি থাজংপু হাইবদি Jan., Feb , March, Apl., May, June, July Aug., Sept , Oct , Nov , Dec. অদুগা বাঙ্গাল্লিগী হাইবদি বৈশাখদগী জৈষ্ঠ, আষাড, শ্রবন, ভাদ্রা, আশ্বিন, কার্ত্তিক, অগ্রাহায়ণ, পৌষ, মাঘ, ফাল্গুন, চৈত্র ফাওবগা মৈতৈগী শ:কা: ই: ইঙেল থ:লা: মে: হি: পো: ৱা: ফা: লম: ফাওবগী থাজংকি থবান খেন্নবদগী ইংলিসকি এপ্রিল লোইদুনা মে হাইববশু বাঙ্গাল্লিদদি বৈশাখ অদুম হাইনি অদুগা বেঙ্গাল্লিগী বৈশাখ থাবু মৈতৈনা কালেন চংঙে ঙসি ফাওবা চংথোক চংশিন নাইনা চংনবি। তাবিক্ক থবানগা মান্নদবদগী মখোইগী থাগী মমিঙ্গ ঐখোইগা থাগা চাশিন্ননবা পানবদগী বৈশাখগী তাবিক ২৩বু এপ্রিলগী তাং ২৩ নি হাইনা খন্দুনা তৌববা হৌজিক ফাওব এপ্রিলগী তাবিক ২৩দা খোংজোম দে পাওনা শিব নুমিৎ ওইনা লৌনব যাওরি। লাইবিক্তগী ফংব ৱাবোন্দি বৈশাখ তাবিক ২৩ মেগী তাং ৫ শজিভুগী ২৭নি পানবদা লান চংলগা চংপা নুমিত্তগী ৫নি শুব থাংজ নুমিৎ কালেনগী ১মা পানব বৈশাখা তাবিক ২৭ মেগী তাং ৯দা পাওনা শিবে। নোংঙাল্লগা ২নি পানব কালেনগী নোংমাইজিং নুমিত্ত কংলা লৌখি ।



# ৱাহৌদোক

লৈবাক অসিদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংশি যাম্না লন্না-লন্না পাল্লম্মি। মতমদুগী থৌদোক ৱাথোকপুদি ৱাত্তনা থম্মগশু লিশাং শিংনা হাইবদি নিংথৌরোল নাইনা ইনবগী মচাক্তি ফংবদ ৱাই । অবোইবা চক লাংবচক্কি চহি ৭৭৮ ফাওবশি অঙম অঙম পান্নদুনা অশেংবা পুৱাবি অমা থনম্বা যাবা মওংশি তং তানা ফংদে। অবোইবা চক্কি হৌবকপদা উমং লাইনা মনিং মখা তম্না তাইবংবু ওত্তুনা লৈবা ঙমদবদগী চিংদ মান্দ অমদি চিংলোন ৯ লান্না চেন্নখিদুনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈনখি ।

চক চক্কি মনুংদা নিংথৌ পানবিনবা লৈত্রবদা হেক হেক থোবক্তুনা নিংথৌ কাংদনবা হোৎনবি । হোৎনবিবশি চিংঙ্কু খোইযুম খুদিংনা নুপা নুপী খাইদনা হাংলবা তাংলবা মতমদা পিবা কাংদনবা তেংবাংবি। খদুম ওইনা হাইববদ পিবানা কাংলবদ লৈমা তাবিৎনুনা চাদ নাওদা শমথবি । তালংবা মতমদা থোবকই হাইদুনা তাংঙ লাংওন পাখংবা কৌনা থোবকখি।

অশুম্না চত্থবকপশি লাংব চক্কি ৩১০৮ ইংঙা থাগী ১৫নি পানবা শগোলশেন্দগী লেপ্তুনা শমথববা পুৱাবিনি। যেক ৭ কি নিংথৌরোল চুবাচান্দ ফাওবা শবকশিদনা ফংবিগনি ।

অইবা

মংলেম মৈতৈ

# য়েক ৭ কি নিংথৌরোল

| মশিং | মঙ্গং | লুবাং | খুমন | অঙোম | মৈইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ইঙ্গংলেন লাংবচক্কি ৭৭৮ | | | | | | |
| ২ | পৌগ্রলেন ৯২৮ | তাও মবিংবা | নাবৈথেম্বা | মন্দিংবা | চৈগা য়াংতেকপা | পনশা হৈবা | শাবৌ লাংবা |
| ৩ | কোঞ্জিল্লাংবা ১২৭৮ | | | | | | |
| ৪ | কোথিল্লাংবা ১৪৭৮ | | | | | | |
| ৫ | পোবোং নোংখাইবা ১৭২৮ | | | | | | |
| ৬ | তাইমবেং কিংনাইবা ১৯৬৮ | | | | | | |
| ৭ | লাইকম নুংফৌবা ১৯৮৮ | | | | | | |
| ৮ | লাইকমলেন ২৩৮৮ | | | | | | |
| ৯ | লাইলুম কাংবা ২৫৩৮ | | | | | | |
| ১০/১ | নোংদা লাই পাখংবা ১-১৪৭ | পোইরৈতোন পশিং খুম্থিবা | কোনচিলাংবা কংদিবোং অরোং | পুবৈলোম্বা | ঙাংনিংশং ঙাংহম্থোক | চাওবুং-লেন শিদবা | তাওবুং-লেন শিদবা |
| ১১/২ | খুইয়োই তোম্পোক ১৪৭-২৫৭ | পুন্সিবা | তুমহাবা | হঙ্গেল লোংনা থাবা | ঙাংনিংশং | × | × |
| ১২/৩ | তাওথিংমাং ২৫৭-৩৫৬ | ঐ | লুংবা | খমুং ইরাইথংবা | ফাংফাং ঙাংনিংয়াই শুনুবা | × | × |

| মশিং | মতং | লুবাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৩/৪ | খোইনিং-ঙোম্বা ৩৫৬-৩৭২ | ঐ | য়োইবাং-পোক পুন্সিবা | থ্রামৈ-লাম্বুব | শুনুব | | |
| ১৪/৫ | পেংশিব ৩৭২-৩৭৬ | পুন্সিবা | কচেং থ্রায়েং-ঙম্বা | থ্রামৈ-লাম্বুবা | ইথ্রান ফৈ-তেংবা | | |
| ১৫/৬ | কাওখম্বা ৩৭৬-৪০৪ | ঐ | ঐ | ঐ | কাওবা শৌপাম্বা | | |
| ১৬/৭ | নাওখম্বা ৪০৪-৫৪২ | ঐ | খোনবা | ঐ | ঐ | | |
| ১৭/৮ | নাওফংবা (নাওফেংবা) ৪২১-৫১১ | লুমশিন | খোনবা নিংথৌবা | ওইন্দে খুন্দানবা | লাই কচেং | | |
| ১৮/৯ | শামৈবাং ৫১১-৫৬০ | ১ ঐ ২ কচেং বায়েনবা | ক্লাকপা | সনা লখ্বা খ্বাই লাকপা লমহিং | খুবাই লাকপা শংব্রে | বাংখৈ লাকপা মোইথাপ্পা | যাইস্কুল লাকপা শৈলশং |
| ১৯/১০ | উরা কোন্থৌ-বা, ৫৬০-৬৫৫ | পানা | পুন্সি য়োইবেম্বা | খুনচানবা থাংবাই | খোকখৈ লাম্বুবা | | |
| ২০/১১ | নাওথিংখোং ৬৫৫-৭৫৫ | পোনশবেং | শেনবা | পুবাম্বুবা | চাফবা | | |
| ২১/১২ | খোংতেকচা ৭৫৫-৭৭৬ | থৌবেন লাম্বুব | শেনবা শিংকবাই | ক্লাকপা ইথ্রাম্বুবা | চবন ইবাং লাইকৈকংবা | | |
| ২২/১৩ | কৈবেনচা ৭৭৬-৭৯১ | ঐ | হাওবম-তোন | নোংপোক পাওশোম্বা | অহুই-বোংফা | | |
| ২৩/১৪ | যাইববা ৭৯১-৮১৩ | × | মেনপোম্বা | পাওশোম্বা | য়োইবেম্বা | | |
| ২৪/১৫ | অয়াংবা ৮১৩-৯০২ | × | ১ থোংলৈ-বোং ২ থেংথ্রাইবা | ঐ কম্প্রেংবা | ঐ লাম্মশেনবা | | |

| মশিং | মঙাং | লুবাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ২৬/১৬ | নিংথৌচেং ৯০২-৯৪১ | থিনবোং ব্রায়াবা | ১ শোরা-রেংবা ২ চেকয়াম্বা | খোংজোম্বা | ১ মোইমা-শেনবা ২ পুন্সি খুরেম্বা ৩ কোইরেম্বা | | |
| ২৭/১৭ | চেংলৈ ইপান লান্থবা ৯৪১-৯৬১ | চাদরমদ্রে | ঐ | পনশাঙম্বা | কোইরেম্বা | | |
| ২৮/১৮ | যাংলৌ কৈফাবা ৯৬১-৯৭৬ | × | কোকপা | পনশাঙম্বা | ১ কাজুপুরাং ২ শোংলে লাইনৌ-তাবা শংলে লাঞ্জবা শোংলে লাঞ্জাবা, | | |
| ২৯/১৯ | ইয়েংবা ৯৭৬-১০৬৬ | × | ১ কোকপা ২ অতোন যাইথিংবা ৩ শময়োক ফবা | ১ পনশাঙম্বা ২ কিয়াম্বা ৩ লাংলোই-ঙম্বা | ইথাই কাইরেম্বা | | |
| ৩০/২০ | লোইতুম্বা ১০৬৬-১১১৪ | × | ঐ | লমহাংঙম্বা | ১ ইথাই কাইরেম্বা ২ উরা কোং-য়াংবা =(লাই-জিং তেল-হৈবা) | | |
| ৩১/২১ | লোইতোংবা ১১১৪-১১৪২ | × | থোংবু শমুকচা | মরিংঙম্বা | কোংয়াংবা | | |

| মশিং | মঙাং | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৩২/২২ | অত্তেন য়োইহ্রেম্বা ১১৪২-১১৫৫ | × | থিনকোন লাছুবা | ঐ | চিংখুবা | | |
| ৩৩/২৩ | হেমত্তেন ইৱাছুবা ১১৫৫-১১৮৭ | × | থিনকোন হনবা | তংখুল ঙম্বা | লাইহুজু পুন্সিবা | | |
| ৩৪/২৪ | থৱাম্থাবা ১১৮৭-১২২৩ | × | কাওথিন লাইনাও-তাবা | লমফেন ঙম্বা | ঐ | | |
| ৩৫/২৫ | চিংথাং-লাম্থাবা ১২২৩-১২৩৪ | × | ইকোক লাম্থাবা | কোন-খোম্বা | ঐ | | |
| ৩৬/২৬ | শেম্থোংবা (লৈঙাকপা) ১২৩৪-১২৩৯ | × | | | | | |
| ৩৭/২৭ | পুরাম্থাবা ১২৩৯-১২৫৫ | × | চরনবা | লোইখোম্বা | মোংজাম্বা | | |
| ৩৮/২৮ | খুমোম্বা ১২৫৫-১২৭০ | × | ঐ | ঐ | ঐ | | |

**খঙ্গদবা :** য়েক্কি পিবা নাওদা থিবা ফংলক্তবদগী কংলৈ পিবানা ফম্বাল তোংবদা য়েক্কি পিবানা ইহৈব চৎনরকপা মরম্না পানা ৪দগী খাইগত্তুনা য়েক ৬কি ৬শুনবা নৌনা অমুক শেমগত্তুনা লোইয়ুম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা নৌনা অমুক শেমদুনা থমখিবনি ।

৯ শুবা শমৈরাংদগী হৌখি

২০শুবা লোইয়ুম্বগী মতমদা হৌদোকখি

| খাইজশিলুপ লুৱাং খ্বাইলাকপা | কোংজরুপ খুমন য়াইষ্কুল্লাকপা | লুপলেনলুপ লাকপা অঙোম খুরাইলাকপা | চিংজরুপ মোইরাং লৈচোল্লাকপা | খৌজরুপ শরাং ৱাংখৈলাকপা | লুপা খুবা লুপ খাঙানবা খ্বা |
|---|---|---|---|---|---|

২১শুবা লোইতোংবগী মতমদা চৎনবা হৌরে

| খুমন শারাকপা ৱাংমু | তোঞ্জৌ য়াঙম্বা | মুতুৱা মাইঙৌ | তুম্মুরাকপা শন্দ্রিকপা | হৈরোম তেনাম্বা | চংনিংখোম্বা |
|---|---|---|---|---|---|

২৩শুবা হেমচোন ইৱাম্বগী মতমদগী অমুক

| | নোংমাই তেনাবা | ইরোইবা লমজাও | ৱাইখোম লমহিং | | থোকচাও থৈবোং | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ২৪শুবা | খোংজোম্বা | কবুইঙম্বা | চিরুঙম্বা | চরাংফাবা | নোংইন ফবা | তাংখুলঙম্বা |
| ২৫শুবা | খোংজোম্বা · উরিবা | ঐ ঙারিয়ানবা | ঐ কৈরেন | ঐ তেলোংখোম্বা | ঐ চারোইবা | ঐ |
| ৩৯ | শামুখোং | কৈঙম | খোম্বা | | মুবা | |

| মশিং | মঙাং | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৩৯/২৯ | মোরাম্বা ১২৭০-১২৯৪ | × | চরনব | নুংশেম্বা | ঐ | | |
| ৪০/৩০ | থাংপি লান্থবা ১২৯৪-১৩১৬ | × | য়াওশোম্বা | তাংশোম্বা | ঐ | | |

| মশিং | মশাং | লুরাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৪১/৩১ | কোইরেম্বা ১৩১৬-১০২৭ | × | ঐ | শোইদিংঙম্বা | শুরেন্দ্রা | | |
| ৪২/৩২ | তেলহৈবা ১৩২৭-১৩৪৭ | × | ঐ | পুবিংখোম্বা | ঐ | | |
| ৪৩/৩৩ | তোনাম্বা ১৩৪৭-১৩৫২ | × | ঐ | নোংনিং-খোম্বা | ঐ | | |
| ৪৪/৩৪ | তবুংবা ১৩৫২-১৩৮৭ | × | কাইথিনবা | ১) ঐ<br>২) বিরমনি | ঐ | | |
| ৪৫/৩৫ | লাইবেম্বা ১৩৮৭-১৩৯২ | × | ঐ | খেক্লাওবা | ঐ | | |
| ৪৬/৩৬ | পুন্সিবা ১৩৯৭-১৪২৫ | × | কাইথিনবা | তুতেম্বব= তুমুঙম্বা | ঐ | | |
| ৪৭/৩৭ | নিংথৌখোম্বা ১৪২৫ -১৪৬০ | ×<br>× | ×<br>× | ১)শোইতিং-ঙম্বা<br>২)বিবমনি | মেনখোম্বা<br>সনাহোংবা | | |
| ৪৮/৩৮ | কিয়াম্বা ১৪৬০-১৫০০ | × | × | হেমামনি | × | | |
| ৪৯/৩৯ | কোইরেম্বা ১৫০০-১৫০৪ | × | × | রসমনি | × | | |
| ৫০/৪০ | লমকাইঙম্বা ১৫০৪-১৫১৫ | ×<br>× | ×<br>× | ১)কিয়াম্বা<br>২)ধ্বনিরা-জখ্বা | × | | |
| ৫১/৪১ | নোংইনফাবা ১৫১৫-১৫১৯ | × | × | রাজখ্বা কি-য়াম্বা | × | | |
| ৫২/৪২ | কবোম্বা ১৫১৯-১৫৩৪ | × | × | গিরিধারি | × | | |

| মশিং | মঙাং | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৫৩/৪৩ | অতোংজাম্বা<br>১৫৩৪-১৫৩৮ | × | × | লোইজাঙম্বা | × | | |
| ৫৪/৪৪ | চলাম্বা<br>১৫৩৮-১৫৫৪ | × | × | অঙৌপাম্বা<br>লোইজাঙম্বা | × | | |
| ৫৫/৪৫ | মুংয়াম্বা =<br>ময়াংঙম্বা<br>১৫৫৪-১৫৯০ | ×<br>× | ×<br>× | ×<br>× | ×<br>× | | |
| ৫৬/৪৬ | খাগেম্বা<br>১৫৯০-১৬৪৪ | × | × | × | × | | |
| ৫৭/৪৭ | খুঞ্জাওবা<br>১৬৪৪-১৬৫৮ | × | × | × | × | | |
| ৫৮/৪৮ | পাইখোম্বা<br>১৬৫৮-১৬৯০ | × | × | × | × | | |
| ৫৯/৪৯ | চবাইলোংবা<br>১৬৯০-১৭০২ | × | × | × | × | | |
| ৬০/৫০ | পামহৈবা<br>১৭০২-১৭৪১ | × | × | × | × | | |
| ৬১/৫১ | শামৈবাং<br>১৭৪০-১৭৪৪ | × | × | × | × | | |
| ৬২/৫২ | ভোবোশাই<br>১৭৪৪-১৭৪৬ | × | × | × | × | | |
| ৬৩/৫৩ | অনন্তশাই<br>১৭৪৬-১৭৪৭ | × | × | × | × | | |
| ৬৪/৫৪ | গৌবশ্যাম<br>১৭৪৭-১৭৫৫ | × | × | × | × | | |
| ৬৫/৫৫ | চিংথংখোম্বা<br>১৭৫৫-১৭৫৭ | × | × | × | থেঁলে নুংনাং<br>তেলহৈব | | |

| মশিং | মঙাং | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খাবা | ঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৬৬/৫৬ | খেলৈনুংনাং<br>তেলহৈবা<br>১৭৫৭-১৭৬৪ | ×<br>× | ×<br>× | ×<br>× | <br>× | | |
| ৬৭/৫৭ | কৈবিবাম<br>১৭৬৪-১৭৬৫ | × | × | × | × | | |
| ৬৮/৫৮ | কোকিল্লানন্দ ইবেংব<br>১৭৬৫-১৭৬৬ | × | × | × | × | | |
| ৬৯/৫৯ | ভবান্দাব<br>১৭৬৬-১৭৬৭ | × | × | × | × | | |
| ৭০/৬০ | ৱাংখৈ খুল্লিং<br>১৭৬৭-১৭৬৮ | × | × | × | × | | |

| | খ্বাইজশিলুপ খ্বাইলাকপা লুৱাং | কোংজরুপ খ্বাইখুল্লাকপা খুমন | লুপলেন খুরাইলাকপা অঙোম | চিংজরুপ লৈচোল্লাকপা মোইরাং | থৌজকপ ৱাংখৈলাকপা শরাং | লুপা খুবা লুপ খাঙানবা |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৪০ | শামুখোং | যাংতেক | খোমবা | কৈঙম | মুবা | শবাম্বা |
| | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ |
| | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ |
| | সনায়াইখ্বা | কাইবেন থৌজা | শম্বৈঙম্বা | কাংহে | ঙাংহে থৌজা | কাইবেন থৌজা |
| ৪৪ | ঐ | ঙাংহে থৌজা | তৈবেন লাম্বুবা | শম্বৈ ঙম্বা | থাঙ্গাইফেনবা | ঐ |
| ৪৫ | ধনশ্যাম | ধনা | মাধোব | নোবো | শ্যাম | তেলেন |
| | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ |
| ৪৬ | ঘনাশ্যাম | ধন্য | চিংশোনবা | নোবো | নোবো | তেলেন |
| ৪৭ | ঐ | ঐ | মাধোপ | ঐ | শ্যামশিং | ঐ |
| ৪৮ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ | ঐ |
| ৪৯ | খ্বাই শাইদোন | ঙাথেম পুলহৈ | নোংথোনবম শামু | × | খাম্বীয়া থবোই | × |
| ৫০ | নামোই শাই-দোন | খমপানবী | ঘনশ্যাই | × | × | × |

| মশিং | মঙাং | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইৰাং |
|---|---|---|---|---|---|
| ৭১/৬১ | চিংথংখোম্বা<br>১৭৬৮-১৭৯৩ | × | × | × | × |
| ৭২/৬২ | লাবৈন্য চন্দ্র<br>১৭৯৩-১৭৯৪ | × | × | × | × |
| ৭৩/৬৩ | মোধু চন্দ্রা<br>১৭৯৪-১৭৯৬ | × | × | × | × |
| ৭৪/৬৪ | চৌবজিৎ<br>১৭৯৬-১৮০৭ | × | × | × | × |
| ৭৫/৬৫ | মার্জিৎ<br>১৮০৭-১৮১৩ | × | × | × | × |
| ৭৬/৬৬ | হুইদ্রুব শুবল<br>১৮১৩-১৮১৪ | × | × | × | × |
| ৭৭/৬৭ | যুমজাওতাবা<br>১৮১৪-১৮১৪ | × | × | × | × |
| ৭৮/৬৮ | গম্ভীবসিং<br>১৮১৪-১৮১৪ | × | × | × | × |
| ৭৯/৬৯ | যাদোপ<br>১৮১৬-১৮১৭ | × | × | × | × |
| ৮০/৭০ | বাঘোপ<br>১৮১৭-১৮১৭ | × | × | × | × |
| ৮১/৭১ | ভদ্রসিং<br>১৮১৭-১৮১৮ | × | × | × | × |
| ৮২/৭২ | গম্ভীবসিং<br>১৮২৩-১৮২৬ | × | × | × | লুৱাংবা |
| ৮৩/৭৩ | চন্দ্রকৃর্ত্তি<br>১৮২৬-১৮৩৬ | × | × | × | × |

| মশিং | মঙাং | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং |
|---|---|---|---|---|---|
| ৮৪/৭৪ | নরসিং<br>১৮৩৬-১৮৪৩ | × | × | × | × |
| ৮৫/৭৫ | দেবেন্দ্র<br>১৮৪৩-১৮৪৩ | × | × | × | × |
| ৮৬/৭৬ | চন্দ্রকৃর্ত্তি<br>১৮৪৩-১৮৭৯ | × | × | × | × |
| ৮৭/৭৭ | শুরচন্দ্রা<br>১৮৭৯-১৮৮৩ | × | × | × | × |
| ৮৮/৭৮ | কুল্লচন্দ্রা<br>১৮৮৩-১৮৮৩ | × | × | × | × |
| ৮৯/৭৯ | চুরাচান্দ | × | × | × | × |

***খঙদবা :*** লাইলুম কাংবগী মতমদা উমংলাইনা ওৎপদগী তাইবং লৈব খাংব ঙমদদুনা মফম চাবা য়েংদুনা চেন্নখি ।

**লুৱাঙ্গী** - থৱারেন, পোইরৈতোন, লাইস্না, শিতবুং পশিঙ্গ লোইননা নোংপোক্লোমদা চৎখি ।

**খুমনগী** - অরোংনা লুচিংনা খা মৈরমদা চৎখি ।

**কেগেগী** - ঙারেন হনবনা মচা ঙাংহম্ভোক্ত ঙাংনিং শঙ্গনা লুচিংনা শম্ভোং পাংনা চৎখ্রে।

**খাব-ঙানবগী**- খাব ফান্দোংবগা মচা লৈনিংথৌগা তাঙ্গোইগা লুকোই য়াঙ্গনা লুচিংনা পনশা অকোইবদা লৈনখ্রে।

নোংদালাইনা লাংব চক্কি কুমশিং ৩১০৮ চংবা ইঙা থাগী ১৫নি পানবা থানিল শাগোলশেন নুমিত্তা শাকোংদুনা কংলৈ পিবা ওইরে। তাইবং কনা লৈরমদবদগী পোইনাওতানা কোইনা চত্তুনা পুরক্লগা লৈহল্লে। য়েক ৬কি পিবা হাল্লা তারবদা খাবা ঙানবগীদি নাওদ অশেংবা লৈরমদদুনা খাব-ঙানবগী

মহুৎ অঙোম্না পুখ্রে। খাব ঙানবদা পিবা লমশু অঙোমগী মশাগী লমগা পুন্না পুখ্রে।

নোংদালাইনা শাথোকপা কুমজা ২৭চংবা কালেনগী ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা বাকপা শজিক্লা পুবা নুমিত্তা ফম্বাল তোংই। লৈমা তানুনা পোক্লম্বা থাবোংনা পোক্লম্বা লুপ অমা, হুইমু লৈমনা পোক্লম্বা লমলে শঙ্গনা লুচিংবা লুপ অমা, লৈবি লৈমনা পোক্লম্বা খুম খুম্না লুচিংবা লুপ অমা, ঙামৈনা পোকপা ঙামৈথংনা লুচিংবা লুপ অমা লুপ ৪শি কংলৈদা চংলক্নুনা লৈববদা মখোইবু চিংদা কানা হাও কৌনা লৈহনখি ।

নোংদালাইগী মমাংদা যেক ৬কি পিবা লৈবম্বদো লৌনব যাদব লৌনবদগী খাবা ঙানবা অনিগী পিবা কক্লগা অঙোম্না পুন্না পৃখিবনি। শামৈবাঙ্গী মতমদা পানা ৪গী লাকপা ৪ হাপখি।

নোংদালাইগী মতমদা যেক ৬কি পিবা থম্নবা থিনবকপদা খাবগা ঙানবগাদি যাওং ইন্দুনা লৈবম্বা, লৌনবা যাদবা নুপী লৌবম্বা লাইবকচন্দ লৌঙেন যাদব মবম্বু থৌপুবম্বনা পিবা থম্বা যাদদুনা অঙোম পিব পুলৈবোম্বনা পুন্না যেক অহুমগী মথৌবু পুহনখ। মানা মানা ঙাক্কদবা লমগা কংলৈদা কাবক্কদবা লমগা শিন্নদুনা থম্মখি। যেক খুদিঙ্গী মানা মানা পানগদবা লমগা কংলৈদ খোঙ্গদবা লমগ শিন্নদুনা থম্মি। অশুম্না লৈনববদ লাইগী কাংলুপশু পাক্নুনা মখোইগীশু পীযু হাইববদ অহল্লুপ, নহাকপ, খাবম, লাইফম হাইদুনা তাইবংনা নুংথিল, লাইকপকিনা নুমিদাং তিন্নদুনা শাংনা লৈনববদা নোংদা লাইনা লাইশু মীশু লৌনব যাব যাদব লৈবাকশিগী চৎনবি ওইনা থম্মি। মবম অশিবু কাইনা থৌপুবকপা মহাক অদুদি তোঙানবা মফম অমদা লৈহনশি লেপ্পদুনা থমখি। লৌনবা যাদব মবমশিংদি :-

১। পেলোন তিন্নব লৌন লৈনব যাদে লোন অহুম নামুংই ।

২। শাইকক তিন্নব (মমাদি তিন্নব মপাদি তিন্নদব) লৌনব নামুংই।

৩। শতা (মথক মখা ওন্নব লৌনব) নামুংই।

৪। শলাই (যেক) তিন্নব লৌনব নামুংই ।

৫। তুমন (লুখ্রা) লৌব নামুংই।

৬। শাগৈদুগী চিঞ্জাক চাদবা (অতোপ্পা চিঞ্জাক চাব) অদুগুম্বা লৌন লৈনব নামুংই। লৌব তাববদি নুমিৎ ৭নি চাবিব চিঞ্জাক অদু চাহন্দনা থম্মগা লৌগনি।

৭। চৎলম থুগাইদুনা পাল্লব (অতোপ্পা চৎলম্মু চৎলব) চৎলম অশি থৌপুফদে।

৮। চিঞ্জাক তিন্নদবা চনু লৌফদে, পিফদে । পাগী পুগী লাইশোনবু লৌহল্লগা লৌগনি নৎত্রবদি নামুংই।

৯। চাব যাদবা চিঞ্জাকপু চাববদি তোঙান্না লুপ অমা তুলুখাই অমা ওইনা থমশি ।

১০। হাইব ইন্দব মানা নিংবনা মফবে হাইনা খনব, নামুং ঈ লৌব মহাক অদুদি তিন্নদব মশক অমা ওইন থমশি। মখোই অদুনা লৈনবা মফম্মু হৌজোংপন কৌনা থম্মশি।

১১। লাইবকচনবু কাইদব অদুগুম্বা যুম্লিংবগী মচা মশুবু থিবগা যেক অদুগী পিবা হাপকনি। মহাক অদুবু য়ুমলেপ যুমলিংবা হাইনা মযুম অদুনা মানা হাইবা থৌবম্মু থৌপুগদবনি ।

১২। মযুম খুদিঙ্গী মনুংদা মঙম হকপা হৈশিংবা যাওবক্লবদি মহাক অদুবু যেলুপ খুদিংনা ইকাই খুম্নগদবনি। কংলৈ পিবা ঐনা শেৎলিবা ফিবোন মথৌ য়েংনা পিগনি ।

১৩। ঐগী মনা ফিবোল ফংলবা মহাক অদুবু হাকথিনা চৈবি তেমথেং পিফবোই মহাক অদুবু মফম অশিদা পুবক্তুনা খংহনগনি। মতিক মঙমদগী ফংখিবা মনা অদু লৌখৎলগা ঐ খ্বাইগা তান্নবগা মবালগী মতুং ইন্না ব্রাবক ব্রাতেম্লগনি ।

১৪। মনা ফিবোন্দি অসিনি - ফুবিৎ শাইচোনবা, খ্বাংচেৎ নমথাং, তোলোক, পজেং, ফিবান, উবিশেক লৈচিন, খুজি নাশি, পাম্বোম যাইনচিংবা ইশাদা পক্লিবা ফিবোনবু লৌথোক্তুনা থল্লবনি। ফিবোন অসিগী মনুংদা ফিবোল ১বু ফংলবা মশক অদুবু চৈবি চৈথেং পিবদি

কংলৈ পিবা ঐবু য়ৈবা চৈবনি। পাখংবা লাইবু যৈব চৈবগী লংজবগী মবাল কোবৌ ঙসিদগী ফংবা ওইশনু ।

১৫। ফিবোল অশিবু কংলৈ পিবানা অচান মিবাই নাইনা মনিং তম্না পিববশু মতিক মঙম্ব শান্নক্তুনা পুক্সি মবা লেমফু কংলদুনা মশা লাইথুং পান্না পুক্সি মতম্ব লেনবা ওইশনু ।

১৬। হাইনা ঙাংনবিবা ব্রাফমশিংশি যেক ৪গী পিবা ৪না চৎকনি ঙাক্কনি হাইনা যানবদুনা নুমিৎ অদুগী মীফম অদু লোইশিনখি ।

**মনা ফিবোন ফংখিব :**

১। মেবা হাওজোংবদা তাংখুল থাংব্রাই চাওবনা খ্বাংলি লাইখন, লুহোং লুতিন ব্রাবেপ নমথাং কাইদোই অহুম্না লাংদাইবা = (মবাক অহুম তাইবা) লাইকম নমথাং পিখি ।

২। লমলে শঙ্গী মচা মশুনা হৌ চোংবদগী পিবানা পেনবিবদুনা তাংখু কৌবিখি তাবদা কবম্না কৌখিবনো হাইবদা (হুইমু লৈমগী মচা লমলে শঙ্গীদা লৈবম্বা হৌজিক্লা চশাত্তা তিল্লবা ঙাশাবা কৌবগা মনাও হোংনেম কৌবগা মখোই অনি কংলৈদা লাকই । মখোই ২শি নোংচুপ্তা লৈবদগী পংচৎ চত্তুনা লৈবে। নোংদালাইগী নোংদমদগী চৎপা তোক্তুনা মফম অমদা খুন্দাদুনা লৈবে মবম অশিদগী চৎপা ঙাশাবা লুপ কৌবে। মনাও হোংনেমগী লুপ্না হোংজাই হাইনা কৌবে )।

৩। কবুই, থাবোন, লুখম্লিং, চোথে, কোইবেং, অনান, মবিং, ঙামৈ খুম্ব্লোকপা, মাগী মাগী মথৌ য়েংনা মিংথোনখি। কবুই কৈশাবা - খুল্লাকপগী লুপ অমা। থাবোন খুল্লাকপা লুপ অমা, লুখম্লিং খুল্লাকপা লুপ অমা, চোংলে থেনবনা চোথে কৌনা লৈবে। কোইবেম্বনা কোইবেং কৌনা লুপ অমা, লুপ মঙাশি নোংচুপ্তা লৈবো নোংদমলে।

অনাল নানবনা অনান কৌনা মৈবমদা লৈহল্লে। মবি লিশাবা লুপনা মবিং কৌনা নোংপোক্তা লৈবে। মবি মুব্রা শাবা লুপ, মবাম্বগী লুপশু লুপ ২শিদি ঔব্রাং চিংশাংদা পাল্লে ।

থেনবা ঙাবামৈনা লুচিংবা লুপশু ঔব্রাং চিংফমদা ঙামৈ কৌনা পাল্লে।

অশুম্না তম অমশুং চিঙ্গী ইচিন ইনাওশিংবু তেক্ত কাইদনা শিল্লম্মগা লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৫৫ নোংদা লাইগী কুমশিং ১৪৭তা শিখি। মশা ফংদবদগী পাঙ্গোং কৌবা উনা মহুৎ শিন্ন পোৎলোইবা হৌদোকখি। শিবা মতুং ৬নিদা লুথাংথৌ, ১১নিদা লান্না থৌবম পাংথোকখি ।

খুইযোই তোমপোক্কি মতমদা লৈকাই ৪বু পানা কৌনা থর্মখি। লৈকাই ৪গী লাকপা ৫/৫ হাপখি মদুদি

১. খ্বাই লাকপা, অহল্লুপ্পাকপা, পাখংলাকপা, নাহাকপ্পাকপা, নিংঙোল্লাকপা অশুম্না খুবাইলাকপা, যাইস্কুল্লাকপা, বাংখৈলাকপা লৈকাই ৪শিগী লাকপা ৪/৪ হাপ্পা হৌখি। অশিগা লোইননা চিঙ্গীশু লাকপা হাপখি

| | | | |
|---|---|---|---|
| শোইবাম | -খুল্লাকপা | তাংবো | খুল্লাকপা |
| শাইনেম | খুল্লাকপা | চিংশাও | -খুল্লাকপা |
| কদৌ | -খুল্লাকপা | মকন | খুল্লাকপা |
| যোংখুন | -খুল্লাকপা | ফুনাল | -খুল্লাকপা |
| মচি | -খুল্লাকপা | | |
| নাকুম | -খুল্লাকপা | | |

[illegible]

ওইববদি মংলেন্দা তিনগনি।

যোইমোংবা তাওথিং মাঙ্গী মতমদা সে নাপ্তুনা ঙা ফাদুনা পুক্লিং নুংঙাইনবা হোৎনবদ ক্যো মরুনা শন অমগী মশক লৌবগা ঈবেন্দ

তাওথরকপদা তাওথিংমাংনা লৌখত্তুনা শাবু মতুপ ৯ থোক্লা য়েন্দুনা অমুক পুবক্কদবনি হাইদুনা পিরগা চাথোকখ্রে হাইদুনা য়ুম ২দি পুরক্রে । পুবক্লীবা য়ুমদি চেংলৈনে, উমং লাইনে অনি অশিনি। উমং লাই নখোইদি করিগী নচিঞ্জাকশু নত্তন কবিগী চাবি নখোই চেংলৈগা ফিশেৎ মান্ননা লৈবো হাইখি। উমং লাই ৪দুদি ১-ইবোংমা, ২-করাংমা, ৩-তাকমুব, ৪-য়াংকোইমা অশিনি চাবো হাইনা পিবনি খন্দুনা চাখিবনি। য়েন্দুনা পীখিবা যেক অদুদি ১ মঙাং, ২ লুরাং, ৩ খুমন, ৪ অঙোম, ৫ মোইবাং, ৬ খা-ঙানবা, ৭ চেংলৈ, ৮ শবাং, ৯ উমংলাই মখোই ৯ অশিদা যেনবনি। শনগী কবমবা মফমনা কনাদ পীবগে হাইবদুদি পুয়াদা য়েংঙু ।

নিংথৌ যাইববগী মতমদা লুৱাঙ্গী নাওদা শেংবা পিবা লৈতবদগী লোন অহুমদি পিবা হাপ্লা যাদদুনা হাপ্লে। লোন অহুম শুবা নিংথৌ চেঙ্গী হাক্তক্তা অমুক লৌখৎনবা থিনবদা থিনবোং ৱাযাববু অমুক হাপখি । মথং ১৭শুবা চেংলৈ ইপান লাম্বুবগী মতমদগী লুৱাঙ্গী লৈত্রে। খুমন পিবা চেকযাম্বনা লান হৌবক্তুনা অবাশংদা থমখি। মহাক্কি মতমদ পানা ৪গী লাকপা হাপ্তুনা ফিশেৎ লৈতেংদুনা ফম্বান তোংখি ।

৩৭শুবা নিংথৌ খোম্বগা মতমদগী খুমন পিবা কাংলে ।

মোইবাঙ্গীনা সনা হোংবগী মখা নিংথৌবোল ৩৮শুবা কিযাম্বগী মতমদগী পীবা কাংলে । ভগ্যচন্দ্রগী মতমদা মোইবাঙ্গী নিংথৌ খেলৈ নোংনাং তেলহৈবা হাপ্লি। গম্ভীব সিঙ্গী মতমদা লুৱাংববু মোইবাং নিংথৌ হাপখি ।

৩৯শুবা কোইরেম্বগী হাক্তক্তা নাওদা অশেংবা ফংঙক্তবদগী পিবা হাপ্তবা যাওবে । নিংথৌখোম্বা ৩৭শুবদগী খুমন পিবা লৈত্রে। মোইবাংগীনা ৩৮শুবা কিযাম্বা হাক্তক্তগী পিবা লৈত্রে, কোন্না খেলৈ নোংনাং তেলহৈব, লুৱাংবা কোন্না নৌনা হাপখিবনি ।

অঙোমগীনা ৪৫শুবা মুংয়াম্বগী মতমদগী পিবা লৈত্রে ।

## য়েক্কি শিবা কংব্রবদা

| | | |
|---|---|---|
| লুৱাংবু | - | খাইজশি লুপ খ্বাইলাকপা |
| খুমনবু | - | কোংজরুপ য়াইম্বুল্লাকপা |
| অঙোম | - | লুপলেনলুপ খুরাইলাকপা |
| মোইরাং | - | চিংজরুপ্লাকপা লৈচোল্লাকপা |
| শরাং | - | থৌজরুপ ৱাংখৈ লাকপা |
| খাব-ঙানবা | - | লুপা খুবা লুপ |

অশুম্না ময়ামদগী খাইগত্তুনা মশিং ৱাত্তনবা শেমগত্তুনা থম্মি



# কাংজৈরোল

লৈবাক অসি হান্না লাইঙাক্তা লৈরম্মি। মতম অদুবু শিংথেক্তবা হযম চক হাইনা কৌরম্মি। নুমিৎ, থা, থৌরাইপিচা পুথোকপা লোইরদুনা মপারি লাইমিংথোই, মশানৌ কোঞ্জহুথোকপবু মালেম্মু শেমহল্লে শেম্বা লোইরবদা মাইগৈ ৪, চিরা ৪, লৈথক-লৈখা লাইশিংনা লৈনব হৌবে। লাইয়াম্না মখোই পুম্বশে কদাইদগী লাকপনো কনানা পুথোকপিবনো খন্নবদা ব্রাখল লাম্বা ফংনদ্রে। নোংদম্বগী মফমদা চংদুনা হংজবদা লাইময়ামশে নোংদম্বগী মতিক ময়াইদগী মহৌ মহৌ শাফোংনখিবা, শাথোক্লখিবা অদুনা অমুক মথং-মথং নোংদম্বগী থৌবম্মু পাংথোকপা ঙম্নবা থৌপুনখিববু শিন্তাক্লা তাহল্লবদা লৈরিবা লাইশিং তুংদা খংনা শমথহৌবা য়ানবা লাইশিংশে কদাইদগী লাকপনো খংনবা লাইহরাওবা কৌবা লিলা অমা পুথোক্তুনা শন্নে। লাইহরাওবা লোইবা নুমিত্তা লাইশিংনা শগোল তোংদুনা কাংজে কুম্নেবু মপুগী মফমদা মাইয়োক থানা উৎনি। শান্নবা লোইরগা লৈশিরেন্না কংলৈদা পুশিন্দুনা অচা-অথক, অথুম-অহাও পীজদুনা হরাও তয়াম্নহল্লি। শান্নবদি খাগ-ব্রাজ্ঞ য়েনদুনা শান্নবনি। পাঞ্জনফম্না মখা য়েবনা চিংঙা পীশুমদা ওই। ঔব্রাং য়েবনা চীংমৈগা মপা পুঙ্গদা ওই। ফুন=কাংদ্রুম হুনবদি নোংপোক অচিবা মরুনা হুল্লি। কাংজৈরোইগী ফিশেৎনা খ্বাংশেৎ কোনখাং শাইককপা, নমথাং=তোলোক ফিশাং। ফি লাংবনা হৈরোং লৈমা চরৈ ফিঙম্বীনা ঙম্মি। ফিয়েনবনা কৈরুংবনা ফিরোন মচু তম্না য়েন্দুনা শেৎনৈদো। ঔব্রাং য়েবনা ফৈচোন ঙাংঙুনবাঁ, কোনখাং নাপু ফিশাং নমশা অঙৌবা। মখা য়েবনা ফৈচোন নোংথৌমচু কোনখাং অশঙবা ফিশাং নমশা অঙৌবনি ।

## নোংপোক লেম্মা মখা য়েব

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পনঙাকপা | - | মাব হনবা |
| ২ | পনঙাকপা | - | চিংঙু খপ্লাংবা |
| ৩ | পল্লকচন | - | চিংঙু ইকপ্পা |
| ৪ | লাংজৈ | - | চিংঙু ইকোপলাই |
| ৫ | পঞ্জেন পল্লকচন | - | চিংঙু ইবোংলাই |
| ৬ | পঞ্জেল চল | | নোংশাবা লাইমিংথোই |
| ৭ | পঞ্জেনবা | - | নোংপোক অপাম্বা |

## নোংচুপ লেপ্পা ঔৱাং য়ৈবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পঞ্জেনবা | - | কৌব্রু লাইলোংবা |
| ২ | পঞ্জেল চল | - | চিংঙু নুংবা মহাবা |
| ৩ | পঞ্জেল পল্লক | | নম্বুল লাই |
| ৪ | লাংজৈ | | যাঙ্গোইলাই |
| ৫ | পঞ্জেল পল্লক | - | বাংব্রেন |
| ৬ | পনঙাক চল | - | চিংঙু খোইর্বি ফাবা |
| ৭ | পনঙাকপা | - | থাংজিং |

অশুম্মা কাংজৈবোই ১৪না শগোল তোংদনা শান্নবা কাংজৈবু শগোল কাংজৈ শান্নবা কৌনা চহি খুদিঙ্গী লমদা থাগী অহানবা থাংজগা অবোইবা থাংজগা শান্নে। মশিনা লৈবাক অশিগী অহানবা শান্নবনি। মথং-মথং অশুম চখবকপনা হযাচক, খুন্ন চক্লা হৌখ্রগা লাংব চক যৌবক্লবদা থক্তা চৎনবম্মিবা থৌবম্ম কাওনখিবগুম তৌকবে। খৃষ্টাব্দ ৩৪দা লাইস্নাবু ওইথম ফম্বালাংনা নোংদালাইনা মৈতৈ লৈবাক চীংবুবোই তম্বুবোই পুম্বগী পিব্য ওইববা মতমদা নুমিৎ খুদিঙ্গী অযুক নুংথিল নাইদনা লাইকপ মীরুপ খাইনা ফম্বে লাংবা হেক হেক চৎলি। নোংমা লেপ্তুনা চৎলকপা অশিদা নোংমা লাইস্লনা মবুংঙোদা হংজৈ। মৈতৈঙু নুমিৎ খুদিঙ্গী ফম্বে লাংবনি হাইদুনা নোঙ্গাংদনা চৎলিবশিবু

চিংঙু খোইয়ুম কনা তাইবং কনা উনবা চৎপিবনো চত্তবা যাদ্রবা কবম্বা মবম লৈদুনা চৎপীবনো হংঙি। চুম্মি ইবেম্মা নংনদি মহাইবা চত্তবা যাদবা উনদবা য়াদবা মবম্মনি। কনানিনা মদুতবু খংজনিংঙি। ইবেম্ম নুমিদাঙ্গী মতমদনা চিংঙু লাইগা অদুগা অযুক নুংথিন্দনা নমু তাইবঙ্গা ফম্বাল লাংমিন্নদুনা পাওশানৈ। মৈতৈঙুগী পাউখুম তাবদা লাইস্না মিৎস্না ইবা চেন্দুনা হাইজৈ। লাইস্না ঐশিবু কবি মপোক্লো ইচা ২ লৈজবদা ইচা অমদি উজবা ৱাবি বাতাই শান্নবা ফংঙি অদুগা ইচা অমদি লৈ হাইবদি তাবগা উজবদি ফংদবশিবু ঐগী ইবাল কবি লংজখিদুনা ফংদবনো থেম্বা যাদনা কপ্লি। লাইস্নগী অৱাবা উবদা মৈতৈঙুনা হাই - ইবেম্মা নংদি তাইবং মপোক্লি তাইবং মপোক্তা পোকপনিনা চিংঙু খোইযুমগা ফাম্মিন্নবা যাদে মবম অদু লৈবনা নচা অমনা উনদবনি অদুবু ইবেম্মনা কন্না মহাইববনিনা ঐ চিংঙুশিংদা মতমগে যাবিববদি মফম্মিন্নবা যাগনি। অশুম্না ঙাংনবিঙৈদা ফম্বে লাংবা খবা থেংদোকখ্রে।

নুমিৎ অদু নোংদালাই খোংৱাই খবা থেংনা কাবক্তুনা ফম্বাল লাংমিন্নে। থেংঙকপগী মবম হংনবকপদা ইমুং মনুঙ্গী ৱাবু হৌদোক্তুনা ঙাংনবকপদা লাইযাম্না চুম্মি ইমানা তাকপিবা লাই ঐখোইনা লাল্লে ইমাবু ঐখোইনা থিদবদি ঐখোই লাল্লবনি ইমাগীদমক মাইযোকথা লাঙ্গনি হাইনদুনা লমদাগী অহানবা থাংজ নুমিৎ থক্তগী চৎনবকপবু কাইদনবা কুম্মে উৎশি হাইনদুনা শগোল পাওজেল চেল্লে। লাংব চক্লি কুমশিং ৩১৫০ নোংদালাইগী চহি ৪২ খৃষ্টগী চহি ৪৯দা ৱাহৌ ৱাবোই লাংদাই পুংদা লাইগী শগোল কাংজৈ শান্নগনি নংনা নংনা অঙম্বা ইমাগী মাইযোকথ লাংঙবো হাইনা পাওজেন্দুনা মবুং পোইবৈতোন্না চাকহাওগী চেংবু যাম শাদুনা পুবক্লে। থৌৱাবেন্না ওম্পোৎ লফোইবু মীপোৎ ১০, ঙাংহুম্বোক্লা শঙ্গোম মীপোৎ ১৫, ইবোই মখোম অফম্বা মীপোৎ ১০, অবোংনা চুহিং মীপোৎ ১৫, চুহি মীপোৎ ৫, খাবা মহৌ নিংথৌগা মঙাং যুকোই যাঙ্গ অনিনা খোইদগী লৌবা খোইহি মীপোৎ ১গা পুনবক্তুনা থম্মে। লাইস্ননা চুহিং মীপোৎ ১৫বু ইখৌলাংববু পীথক্লবা থম্মে। ৱাহৌ ৱাবোই লাংদাই পুংদা মীকুপ লাইকুপ চোন্না তিল্লে। নোংদা-লাইবু ময়ুম পিবা ৪না থৌগন লাংনা পুম্রম নোংথোন অশাই অশম শেলুংহনবা শেলুংবা, চোংফানবা পে খানবা, থাং ফানবা, টা ফানবা, ফৌকুংবা, উকুংবা,

ঙ্গারুংবা, ইকংবা, হৈরুংবা, লৈকংবা, লাইকম লাংবনচিংবা ময়ুম পুম্বগী তাইবংনা থৌগল্লা ফম্বাল লাংদুনা লৈরে ।

লাইশ্নগীনা লোইনবী - হিরৈমা, লিক্লাপিচা, চংনিংখোম্বী, তম্পাক্লৈমা, অহোংলৈমা, খুঞ্জাওবী, লৈচাওবীনচিংবীনা লুচিংনা ফম্বাল্লে।

লাইরম্লেনগী লাইরেম্বীনা - ঈপী লৈমা, হিয়াং লৈমা, হিকুবী, য়ুশৌ লৈমা, নোংথাং লৈমা, য়াওলৈবী নুমিৎ লৈমা, ঙাশোই লৈমা, চিনবান লৈমা, ইরোং লৈমা, লোক্লাও লৈমা, খাংবা লৈমা, চিংথাংলৈমা, নোঙ্গাং লৈমা, ইচুম লৈমা, লাংজিংলৈমা, চীংঙা লৈমা, হীপোক লৈমা, তমথোং লৈমা, লেমথোং লৈমা, চংনিং লৈমা, নুঙ্গোইবী, কোলোই লৈমা, থুমগোং লৈমা, লেম লৈমা, থারৈমা, ফৌওইবী, থোংলৈমা, ব্রাতালৈমা, শিল্লৈমা, শিলহৈবী, কোল্লৈবী, খাইবা চনু লৈমা, মোইনু লৈমা, পিথেৎ লৈমা, লাইব্রা লৈমা, লাইশম্বী, খাবী নুঙ্গোই চনু, য়াইবী লৈমা, পুকশি খোম্বী, নোংখোংনুপী, খাবী য়াংদে, চিৎনু লৈমা, থম্মু লৈমা, অহুম্মু, অবৈনু, থেলোংবী, তোংখাংনু, শৌবোন লৈমা লাইরৈমা ময়াম্মা থৌগল্লা ফম্বাল লাংলে।

নোংদালাইবু ময়ুম পিবা ৪না লুচিংনা পুথোরক্লগা থৌগনখিবা লাইশিং - নোংশাবা, চাখাবা, মারহনবা, মার্জিং, পোম্বী লুব্রাংবা, নুংপোকপা, নুংকাং মহাবাবা, জিংপৈ নিংথৌ, মহৌ নিংথৌ, ঙতিন ঙাকাম নিংথৌ, ইপুবেন, ইতাওরেন, মকুরেল, থোংঙাক, জীংঙা, থৌব্রা, কৌব্রু, খপ্লাংবা, নাওহন, মুব্রাং নিংথৌ, থাজিং, ইকোপ নিংথৌ, অজাবা, য়াঙ্গোই নিংথৌ, তুবু নিংথৌ, লাইকচেং, ব্রানমুবা, নুংচোংবা, নুংথিল চাইবা, থৌঙাইবা কোংতিংলেন, রমুতোন, খাকপা পুলাং, খ্বাই নুংকেংবা, নোংপোক পাম্বোইবা, পুথিবা, লোইয়ারাকপা, খুম্মু তুংইম্নবা, এরাংবা, ইকোপ নিংথৌ, তেবানবা, ব্রাংব্রেন, ব্রাখা লাকপা, কৈরাও লাকপা, থোংচি লাকপা, অলোইনু, লোক্লিংথৌ, নোংকচেং, ব্রানঙৌবা, নুংকাপ শিংকাপ, লাইয়ামশিং পুন্দুনা চিংখৈ নোংপোক মরু অচিববু ঙাইদুনা লৈনরে ।

চিংখৈ মরু লাক্লবদা কাংজেরোই ১৪ মখুৎশু কাংজৈ পাইনদুনা লাঙ্গোই তোংদুনা ব্রাহৌ ব্রারোই পুংদা শেম শাদুনা লৈনরে।

পোইনাওতা লাকপদা লোইনবকপনা হাওগা শলাইলেন, তোলেন খোম্বা, মুংমবিংবা, তুমবিংবা, তাওমবিংবা, পামবিংবা, তুম্মবাবা, চকমবিংবা, হাইশোম্বা ৯ না থৌগন্না লেংথোবক্কুনা ফম্বাল্লবে ।

মখা যৈবা নোংপোক লেপ্পা

মাই নোংচুপ ওনবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পনঙাকপা | - | মার্জিং |
| ২ | পনঙাকচন | - | খপ্পাংবা |
| ৩ | পল্লকচন | - | ইকুপ নিংথৌ |
| ৪ | লাংজৈ | - | ইকোপ নিংথৌ |
| ৫ | পঞ্জেনচল | - | ইবোং নিংথৌ |
| ৬ | পাঞ্জনচল | - | নোংশাবা |
| ৭ | পঞ্জেনবা | - | পাঙ্থোইবা |

ঔৱাং যৈবা নোংচুপ লেপ্পা

মমাই নোংপোক ওনবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | পঞ্জেনবা | - | লোইযাবাকপা |
| ২ | পঞ্জেনচল | - | ওক্লবেল |
| ৩ | পল্লকচল | - | নম্বুল লাকপা |
| ৪ | লাংজৈ | - | যাঙ্গোই নিংথৌ |
| ৫ | পনঙাকচল | - | খোইবিফাবা |
| ৬ | পনঙাকপা | - | থাংজিং |

পাঞ্জনফম্মা হৌখিবদগী শান্নবকপগী ঙমখৈগা মান্নবা মখাগী পাঞ্জনফম্মা চিংঙা পীশুমদা অদুগা ঔৱাংগীনা চীংমৈবোং মপাচিংদা ওইদুনা মযাই কাবন্দা চিংখৈ মকনা হস্ত্রেং হুন্দুনা শান্নবদা ঔৱাং যৈবনা হস্ত্রেং ৫ পাঞ্জল্লে, মখা য়ৈবনা হস্ত্রেং ৪ চল্লে। মতম অশিদা যুংথক খাল্লদুনা শান্নবোই পোখানবে।

মথং অহুম শুবদা খুইযোই তোমপোক্কি মতমদা লাংবচক্কি চহি ৩২৬১ নোংদালাই চহি ১৫৩ শকাব্দ ৮২ খৃষ্টাব্দ ১৬০ লমদা থাগী থাংজ অহানবদা লাইবল্লেন্দগী কাংজৈবোই ৭, তাইবংদগী পিবা ৪ গা লৈকাই লাকপা ৩ গা

৭ শাদুনা ব্রাহৌ ব্রাবোই পুংদা নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা শান্নবদা তাইবংনা পাঞ্জল ৫ থোইদুনা কুমজাগী মীশি মীনাগী উশিন ব্রাশিন ঙাংনদুনা অনৈ চাজ থকমিন্নদুনা নুংঙাইনৈ। অবোইবা থাংজদা হান্না শান্নবদা য়াওহৌদবা লাইরমলেনগী কাংজেরোই

১ থাংজিং
২ খোইরি ফাবা
৩ ব্রাংব্রেন
৪ যাঙ্গোই নিংথৌ
৫ নম্বুল্লাকপা
৬ ওক্লবেল
৭ লোইযাবাকপা

অহানবা থাংজদা শান্নবা যাওহৌদবা তাইবঙ্গী শান্নবোই

১ ব্রাংখৈলাকপা
২ ব্রাংখৈ নিংঙোল্লাকপা
৩ ব্রাংখৈ পাখং পাখংলাকপা
৪ যাইখুল্লি লাকপা
৫ যাইখুল্লি নিংঙোল্লাকপা
৬ যাইখুল্লি পাখংলাকপা
৭ অঙোম পিবা হঙ্গেল লোংনা থাবা

কাংজেরোই ১৪ শিনা অয়ুক্তগী শান্নবদা পাঞ্জন ৭ মীনা থোইদুনা লাইনা হনবা ঙমদনা নুমিৎ য়ুংলবা মতমদা পোখানদুনা কংলাদা পুশিন্দুনা অনৈ চাজ চামিন থকমিন্নদুনা পোখানরে ।

৪শুবদা লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৪৫ নোংদালাই চহি ১৩৭ খৃ: ১৪৪ লাংবন থাদ উকাই কাপ্পা হাইদুনা নুমিৎ ১০ পাংথোকই । নুমিৎ খুদিঙ্গী থৌরম মান্নদনা মপুং ফানা থৌপুনৈ ।

নোংমা পানবগা, ২ নি পানবগা লৈবাক অশিদা লৈবিব পুম্নমক্না মানা মানা হৈজবা খংজবা শানদুনা শেম্নদুনা খুৎশা হৈবা তান্নদুনা পুনরক্লগা ইমাদা কৎনৈ ।

৩ নি পানবদা লমজেন তান্নহল্লি

৪ নি পানবদা মুক্লা শান্নে

৫ নি পানবদা খোং কাংজৈ শান্নে

৬ নি পানবদা মানা মানা শুবিবা মশিন অদুদা শাইদাংদুনা শুনদবা, শুববদি শাইদাংবা অপকমা কৌনা থম্লবা লেপ্লখি মদুগী অথোই অহেনগী পাওশা ।

৭ নি পানবদা টা থেঙ্গৌবোল

৮ নি পানবদা থাঙ্গী কুম্মৈ

৯ নি পানবদা শগোল কাংজৈ শান্নবা

১০ নি পানবদা উচেক্কি চাকথা পীবা

ক্বাক তানবা কৌনা তেনগী কুম্মৈ লমজৈ ৫০/১০০/১৫০/২০০/২৫০/৩০০ দা অঙৌবা উবাং যুংলগা খুৎ চুম্বা তান্নহন্দুনা মনা মথুম পীবা ।

৫ শুবদা খাগেম্ব হাক্কক লা: ৪৭২০ নোং: ১৬২২ শ:১৫৪১ খৃ:১৬১৯ চৈথাব ১৩৬শুবা যেনখোইবম শবিগী কুমদ পাখং ৭/৭ মিচং ওইনবগা লিচৈ মক কোনবা ১/১ মম পাইনবগা খোং কাংজৈ শান্নহল্লি।

অশুম্না লৈবাক অশিদা ইহান হান্না শগোল কাংজৈ শান্নবা পুথোকখি হাইবশি মফম খুদিং পাওজেনবা চুম্মি। মীওইবা পোক্ত্রিঙৈদগী লাই ঙাক্তনা শগোল কাংজৈ শান্নবা হৌদোকখ্রে হাইবা তাজবা ১শুং পাজকুবদা খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুযাবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচৈ, মশিবু হান্না মখুৎশু ওইবম্বা মাইচৌ ৩৬ পুশু হন্না হন্না নোল্লুকচবি ।



# নিংঙোল চাক্কৌবা

লৈবাক অশিদা চৎনবি লাইবকচন অমা লৈবস্মি মদুদি চনু নিংঙোল অমা নুপা অমগী য়ুমদা লু-হোংদুনা মযুম পাল্লবদি মবম চাদনা মপাম য়ুমদা চংদুনা চা-থক্কুনা লৈবা যানবমদে। চৎনবি অসিগী ব্রাংমদা কনাগুম্বী নিংঙোল অমত্তা মপাম চংনদে। লুহোংবা মতুং ৬নি চংবা নুমিত্তা চাক্কৌবা অমুক্তং চংঙি, অশিশু লেক চাদুনা লৈবা য়ানদে। মথক্তা লৈখিবা চক অহুম অশিগী মনুংদা য়ুম পাল্লবনা মপামদা চংবগী ব্রা থোইনা লৈনবমদে ।

লাইস্না কংলৈ পিবা নোংদালাই মঙাংলুদা লুব্রাং চনুনা য়ুম পাল্লবনি। মহাক থব্রাবেন অমশুং পোইবৈতোনগী মচন নুপীনি। লৈবাক অশিদা লৈবা ঙমদদুনা উমংলাইনা ওৎপদগী তাংবোদা মতম খবা নাথৈদুনা লৈরুবনি। পোইনাওতানা কৌরুবগা কংলৈদা লাকপনি। মৈতৈ ইপা ইপুগী খুবম্বু ঙাকপিনবা কনবিনবা লৈবে তাবদা থব্রাবেন্না মচম্নুপী লাইস্নাবু পাখংবদা লুহোংঙি। মবুং অহন থব্রাবেন্না নহারুপ হাইনা খংনবা লমদা লৈহল্লি অদুগা পোইরৈতোন্না অহল্লুপ হাইনা খংনবা লমদেংদা লৈহল্লি। পোইরৈতোন্না লৌ ইংখোল কোইদুনা চাবা থকপা ব্রাত্রে হাইবা কংলৈদা তারে। লাংবচক্কি কুমশিং ৩১১৬ নোংদালাই শাথোকপগী চহি ৮ চংলকপদা মচন লাইস্ননা মবুঙ্গী লৌ ইংখোল, হৈকোল লৈকোল য়েংবা লাক্কনি হাইনা পাও খংহল্লি। মচন্না মবুঙ্গী য়ুমদা খোঙ্গুম্লক্কনি তাবদা মবুংনা হরাওদুনা করি থাগী করি নুমিত্তা খোঙ্গুম্বীরক্কনি খংহনবিরকউ হাইনা পাও হংনবদা লাইস্ননা খংহনখি। থা অশিদি মেরা থানি শিরমদাইশু ওইরে হিয়াঙ্গেগী নিনি পানবা লৈবাকপোকপা মঙানি শুবগী অয়ুক্তা কুম্লক্লগে খংহনপ্রে। মচনগী পাও তাবদা লাক্লগা লৈবদা পোখ্রবদা নুংঙাইনবা শেম শাদুনা থম্মে।

হিয়াঙ্গে নিনি পানবদা লাইস্নানা মঙাইবোই ১ হিবৈমা, ২খুঞ্জাওবী, ৩ লিক্লপীচা, ৪ চংনিংখোম্বী, ৫ তম্পাক্লেমা, ৬ অহোং লৈমা, ৭ লৈচাওবী মঙাইবোই ৭ কা লোইননা মবুং য়ুমদা লাক্লে। মচন লাক্লে তাবদা পোইবৈতোন লাইনাওতাবী অনিনা শিন্দুনা চানা থক্লবা শিল্লাংদুনা চামিন থকমিন্নবে। চাবা লোইবগা মবুঙ্গী লৌ পাঙ্গনি হাইদুনা মখুত্তা চাকথাং = থাঙ্গোল অমমম পাইদুনা মঙাইবোই ৭ কা লোইননা লৌবুক্তা লৌপাংবা কুম্মে ।

নুমিৎ ৫নি লৌপাংদুনা লৈবগা ৭নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী অযুক্তা শুম্বল, শুক্লচিংবা ইকোমদুদা থনম্মগা মঙাইবোই ৭কা লোইননা ফৌ মখল ২গী মযোমগা পুদুনা কংলৈদা হল্লক্লে।

মথঙ্গী চহি নোংদালাইগী চহি ৯ চংলকপদা হান্নগীগুম্না মবুঙ্গী লৌপাংবা লাক্কনি হাইবা পাওবু পীবকপদগী পোইবৈতোন্না কংলৈদা লাক্তুনা নোংদলাইগা উনবৈ । মচন্না লৌ পাংবা লাক্কনি তাবদা শেল্লৌবেন্দা কবিগুম্বা ব্রাফম অমতা নীংশিংজগে লাকচবনি। মবাইবু তাকপীযু কবি কবম্বা ব্রাফমনিনা চিংনবা লৈতনা তাকপীযু নোংদা লাইগী ব্রা তাববদা পোইবৈতোন্না অশুম্না হাই। ইচন্না কুমজাগী থৌঙম ওইনা চহি খুদিঙ্গী লৌপাংবা লাকপশে লৈবাক্কি ওইনা হিযাঙ্গেগী নিনি পানবা অশিদা লুহোংগ্রবা নিংঙোলশিংবু মবুং মপ্পাগা পুন্না চাক চামিন্নদুনা নুংঙাইবা, ইচে ইচনশিঙ্গীদমক্তা কুমজা খুদিঙ্গী নুমিৎ শিমতং নোংদম্বীও। তাকপিবিবা মবাইগী ব্রাফমদো যাম্না ফজবা ব্রানি। লৌউবা মবাইগী ইচন্না চত্তুনা চামিন্নবগা লৌউদবা কনাগুম্বগী মচে মচন্দি চামিন্নবা ফংদবা তাবে। মবাইনা লৈবাক্কি ওইনা কাইদনবা হিযাঙ্গে থাগী নিনি পানবা ইচন্না লৌপাংবা চৎপবু মবুং মপ্পা পুম্বগা হবাও তযাম্না চামিন থকমিন্নবা নুমিৎ হাইনা লেপ্পবশি হাইনা যানবে। থা অদুগী মেবা থাগী ১২ নি পানবদা পোইনাওতাশু নোংদালাই উনবা কংলৈদা চংলকই ।

পোইনাওতা লাই শিদবনা কংলৈদা নোংদা লাই উনবা লাকই তাবদা লৈবিবা তাইবং পুম্ববু মানা মানা শুজ নোমজবদা ফংবা পোৎপু পুনবক্তুনা কংলৈদা নোংদা লাইগী মফমদা কৎনবে। লাইস্নানা মবুঙ্গী মফমদগী পুবকপা ফৌ ময়োমশিংদো ফৌগী মমিং হংনবে। মযোম অমগী ফৌনা কুমবি ফৌ, ময়োম অমগী ফৌনা ফৌবেন, মযোম অমনা মোইবাংফৌ, মযোম অমগী

ফৌনা শংশংবা, মযোম অমগী ফৌনা ফৌবেন অমুবী ফৌ মখল ৫শিগী মমিং থোল্লে।

অদুগা মবাই থৱারেন্না হৱাই চেংৱাই মনা মশিং পুবকই। অবোঙ্গী কাংবুনা শল ইরোইগী শঙ্গোম পুবকই। খাবা ফান্দোংবগী কাংবুনা চুহি, চুহিং পুবকই। খাবিগী কাংবুনা চফু উযান তেংকোৎ খুজাই ইশাই পুন্নচিংবা পুনবক্কুনা পোইনাওতাগী মফমদা চেং হৈদুনা কৎলে। লাংবচক্কি কুমশিং ৩১১৯ নোংদালাইগী চহি ১১ চংবা হিযাঙ্গে ২নি পানবদা পোইবৈতোন্না মচন লাইম্নাবু চাককৌদুনা লৌ পাংবা লাকপদগী চামিন থকমিন্নখিবা থৌবম্ম হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লৈবাক্কি চৎলম ওইনা থৌপুনবে চৎনবে। লুপশু খাইবে মদুদি থৱাবেনগী লুপ্পু নহাকপ, পোইবৈতোনগী লুপ্পু অহল্লুপ, তাইমজাম্বা, খোংলেশঙ্গী লুপ্পা খাবম লুপ, লাইগী লুপ্পা লাইকপ কৌনা থম্বা হৌখি।

নোংদালাই চহি ১১ খৃ: ১৮গী হিযাঙ্গে ২নি পানব নুমিত্তগী মৈতৈ লৈবাক অসিগী মচা নিংঙোলশিংবু চাক কৌদুনা মবুং মপ্পা কযাগা চামিন থকমিন্নদুনা লৈবাক অশিগী নিংঙোল চাক-কৌবা কৌন চৎনবি ওইনা থমখি।।



# পানা খাইব

## খাই পনশা
## খাই পুংলেন কোখিবা

তবং লৈম্না লৈতোনশিনা লৈবাক অশিগীদমক থম্বীগে নীংদুনা মকোক তোক্লেন্দা লৈবা হিযাইবু লৌথোক্লগা নিংশা থিঙ্গাম কামদুনা নোংথৌ অহাংবদা পাইবক্তুনা লৈবম্বদগী মালেমদা তাদুনা লৈবে। লৈবম্বা লাই তাইবং পুম্বনা পনশানা কোইনা যেংনববু খুইযোই তোম্বনা তাবদুনা নোংদম মরু মবিবদা হংজবদা লৈবাক্কি ওইবা মফম্বু খংনা থম্বীগে নীংদুনা নবুদ্ধৌনা শাথোকপী মান্নে হাইদুনা লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৫৭ নোংদালাই চহি ১৪৯ শজিভু ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা অঙৌবা থাগী মচুনা চমজনা নোংথৌদা ঙান্দুনা লৈবে। মঙান মতুম অদুবু লাই, তাইবংনা পন শানা কোইনা যেংনবে। মতম অদুদা খুইযোই তোম্বনা মরুবু পুদুনা লাক্লে ।

মরুনা তাইবে - হয়ম খ্বাই যাইমা লুমেন তোংবা মরুদি পাখংবনা তোংঙে মমিংবু (মুবা কৌযাই তোম্বা) কৌএ। ইমালোন তবেৎমক্লা স্না ফিবান ওইবি হাইবগী মমিংবু (লিকপা কৌযাই থংবা) কৌই । কৌব্রু অচিবগী ফম্বাল মেনফম্লি, পাখংবগী মেনফম অমনি; লৈবাক শেম্বগী লাইবুংথৌ ১৪না ঙাক্লিবা লৈফম্লি। লৈবাকপু যাইফংবা নিংথৌবু পুন্সিবা কুবিও নমিংবু শ্যাও কৌবা নংনা। হেক তাইবদা অমুক পাইখ্রে।

## খুরাই

মফম অমদা তাদুনা লৈরম্বা মীনা মালেমদগী লৌখত্তুনা মখুৎ মখুৎনা পাইদুনা লাম্থোক লানশিন্নদুনা, কবিনো করিনো হাইনদুনা লৈনখরে। মতম অদুদা মরুগা মৈতৈঙুগা থুংলদুনা নখোইনা নখুৎনা পাইদুনা য়েংনরম্বা মফম্নি খংনবা (খুৎলাই খুৎদোন পান মনিনোং অচম্বী) কৌই। মফম অসি নোংপোক মরু অচিবগী মেনফম্নি, মেনবু তোংবদি পাখংবনা তোংই। ঙাকপদি মার্জিংগী লাইবুংথৌ ২০গা মার্জিঙ্গ ঙাক্লিবা মফম্নি।

**তাইবদি** - ( হে খুৎলাই খুত্তোনপান পল্লান্দবী ও) নংনা কুবি নোংদম্বীদুনা লৈচাওনা খুঞ্জাওনা লৈবাক নিংথৌ পুন্সিবা পিনৌও। হেক তাইবগা তাইবং মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা পাইখ্রে।

## ব্রাংখৈ

য়াইনা নোংথৌদা ঙান্না শানা চপ লেপ্তুনা শজিক থবানা থোকপগুম লৈবে। তাইবং ময়াম নোংথৌ তম্না য়েংনরিঙৈদা মৈতৈঙুগা মকগা থুংলবে। মরুনা ঙমখৈ লৈতনা ব্রাংনা লৈঙম্মি হাইদুনা মফমদুবু (ব্রাংখৈ ব্রাইবোক) কৌনা লৈপাইনরে।

**তাইনবা**- ব্রাংখৈ কৌবা মেন্দি মমিং (ঙাকপা পাউচি হোংনিপা) কৌএ। তোংবদি পাখংবনা তোংবনি) ব্রাংব্রেনগী ফম্বাল মেনফম্নি লাইবুংথৌ ২০না ঙাকশেল্লি মরুগী চুক্লেন মখোং অমনি লৈবাকপু খুঞ্জাও লৈচাওনবা লৈবাক নিংথৌ পুন্সিববু কুবিও।

## য়াইস্কুল

তাইবা হেক লোইবগা নোংথৌদগী অরংবা অদু তাবক্তুনা য়ুম্নবা কৌবা নিপা অমনা শন ওকপা থোরকপদা থেংনদুনা ফি মরোন ৭না য়োমদুনা ময়ুমদা থমজিনখ্রে। থৌরম অদু উরদুনা হয়েং লোইরো হাইরমাল্লে খন্দুনা অশাই অশম লোইনমক হন্নরক্লে অহিং পোত্থনরবা মতমদা তরং লৈম্না লৈত্তোন শিনা মাগী মহামনিকমা কৌবা হিয়াইবু থিরকপদা "হাই য়ুম্নবা

নঙ্গীদমক পীবা হিয়াই নত্তে লৈবাক্কিনি অদুবু নংনা অহিং অশিমদি মথমজরো লমদম অশিগী ময়ুম য়ুমফম অশিদা লৈবা তাইবং নখোইশে অচা অথক ব্রাত্তবা ওইজৌ অদুগা নপুক শেংলবদি লৈবাক অশিগী পিবাগা য়ুমদিন্নবা ফংজৌ নতিক নঙম শামদবা ওইয়ু অচান মীরাই নাইনা থৌগন থৌপুনরবদি নঙম শামবা তানফংনৌ নপুক নরিন চুম্মু। য়াই অদু মফম অশোমগী তাইবংনা উদ্রিবনি। নংনা ফংঙকপা পুরকপা মফম অদুদা থম্মুচো নত্রবদি য়াইদা নত্তনা নশা ফাওবা মাংহনগনি খংজৌ” তাকপীরে। য়ুম্নবনা মওন মওন খল্লগা তৌফম ফংদ্রদুনা মানা পুবকপা ফংঙকপা মফম পাৎয়াদা নোং হেক ঙালবগা চত্তুনা থম্মুরে অদুগা কংলৈদা চংলগা পাওদম্লুরে। পাও তাবগা মরুশু মৈতৈঙুগা লোইননা লাকপদা পাৎয়াদা তাইবং ময়াম য়েংনদুনা লৈরম্মি। মরুনা ফিবোল ৭না য়োমদুনা থম্মুববা যাইনিনা মফম অশিবু য়াইখুল্লি মিংহনশি মেকুবনা লেশাও হিংনপফা হাইবশি” হেক হাইবদা য়াই অদু মাংখ্রে। মরুনা অমুক হাই তাইবংশা ঙসিদি ৪নি পাল্লে ঈখুদেংশু তাই হযেং ৫নি পানবা শাগোলশেল নুমিত্তা কুমদুনা লৈপাইনরশে

তাইনবা :- য়াইখুল্লি মেনবু তোংবদি পাখংবনা তোংঙে মেরুবদি পিজাতি মোইমিৎ কাওলাংয়েন লৈহল্লে। মফম অসি থাংজিংনঙ্গী ফম্বাল মেনফম্নি নঙ্গী লাইবুংথৌ ১৭না ঙাক্লিবা মফম্নি। লৈবাক নিংথৌবু কুবিয়ু মালেম লৈমাই তুববু কং কৌই, কোরৌ নোংথৌ তুববু কোং কৌই লৈকাই ৪গী ফাংখোংবু হিম্না মনিক তপশেংবা কৌই, লাইম্না নঙ্গী নমিংদি অচিবী অচিবা লৈহল্লবনি লৈবাকপু ঙাকপীও। মৈতৈঙু মেনফম ৪শে অমা কাইবদা লৈবাক মাংঙে পাংখংবগী খোং ২খুৎ ২নি খংঙু।

**খঙ্গদবা :-**

১ **শ্বাই—**

কৌব্রুগী মেনফম্নি ঙাকপনা লাইবুংথৌ ১৪না ঙাক্লি তোংবদি পাখংবনা তোংঙি।

২ **খুরাই —**

মেনফমদুবু (খুৎলাই খুত্তোনপান মনিনোং অচম্বী) কৌই। মেনফমদি মার্জিঙ্গী মেনফম্নি ঙাকপনা লাইবুংধৌ ২০না ঙাক্লি, তোংবদি পাখংবনা তোংই।

৩ **ৱাংখৈ —**

মফমদুবু ৱাংখৈ ৱাইবোক কৌই। মেনফমদি ৱাংব্রেনগীনি ঙাকপনা লাইবুংধৌ ২০না ঙাক্লি তোংবদি পাখংবনা তোংই।

৪ **য়াইস্কুল —**

মফমদুবু পিজাতি মোইমিৎ কাওলাংয়েন কৌই। মেনফমদি থাংজিংনি ঙাকপনা লাইবুংধৌ ১৭না ঙাক্লি, তোংবদি পাখংবনা তোংঙি।



# ৱাহৌদোক

থৌবম অসি মানা মানা লৈনবিবা লম, খুল, লৈকাই অদুগী মনুং মতম চাদনা মীশি মীনা থোকহনগনু, অনা অযেক পীবক্কনু নোংমৈ শিংজং থাদবক্তুন অবা অনা পীগনু চাকহোং, ঙাহোং, ফিহোংনা, চাদ-নাওদানা, হৈয হৈয লত্তুনা পাঞ্জববু পীবিযু হাইনা চহি অমগী মক মবাং তানবা শমপোৎ খোইদুনা মহৈ মবোং হুন্নবা ইঙা, ইঙেনগী লোন্নবা অশিদা মাগী মাগী লৈকাইগী লমদাইনৈ।

থৌবম অশি লৈবাক্কি ওইনা কংলাদা চহিগী ওইনা অনিবক তৌফম থোকই। লনাইগী ওইনা যুম যমদ মচিঞ্জাক পীদুনা তাইগনি যুমদা তাইবদদি কফুৎ শাবোই। চেং খুৎলাক ৯, যেঞ্জাং মখল ৯, মদুগী মথক্ত যেকম ১ ঙম্লবদি ঙানু মকম্না পাম্বা হেল্লি। থুম, মোবোক, মবোই, ৯ শুহনগদবনি। চাক্লুক্লা ২৪ শুহনগনি। মবম অশি লৈবাক অশিগী অখং অহৈ মকশিংনা থম্বীবম্বা লিবিবম্বা বাবিদগী কান্নগদ্রা খঞ্জদুনা ইদুনা থমজহৌবনি। মথংদ (মীওইবগী থৌবমদ চেকশিনগব, শবোই খাংব, পিবা হাপ্লা লমতাইবা থৌবম ৪শি তঙাইফদবা তৌদবা যাদবা লাকই। থৌবমশিং অশিবু ঐখোইনা কবি কবি তৌফম থোকপগে, শবোই খাংবনা কবিনো কবম তৌগনি অদুগা পিবা শিনবা নত্রগা পিবা হাপ্পদা কবি কবি তৌফম থোকপগে হাইবগী মবমদা খুৎলোইনবা খিত্তং উৎচবনি চিথি নাম্থ পুম্নমক তাকপিযু।

অইবা

এল: মংলেম মৈতৈ

মেকোলা

# লমদাইবদা চঙ্গদবা

১ তুম্মৌনা কফুৎ অহুম শাগনি।
কফুৎ ১না পযা ৯, ৮, ৭ পুনগনি।

২ খুকমগদবা মাইবগী যেক্তা পযা ৯ পুনবা কফুৎ অদু থমগনি।
ওইদা ৭ পুনবা কফুৎ অদু থমগনি, মাংদনা ৮ পুনবা কফুৎ অদু থমগনি।

৩ পুল্লিবা পযা খুদিঙ্গী মপাদা পুকযু ব্রাইযু যেংদৌ উতোং অমমম পুকযু হাপ্তুনা থমগনি।

৪ মচন ৭/৯ দগী তাদনা শিংজু শুবগা খবা খবা হাপকনি।

৫ কবোক অথুম অহাও মবম শুনা খবা খবা হাপকনি।

৬ মৈবা ২৪, ব্রাখৈশেন ২৪ হাপকনি, মেক্রুক যাওগনি।

৭ মফম অদু মযুং নাইনা ফজনা ফান্দোক্তুনা নহাইদুনা শেংদোক্কনি।

৮ তাইফম অদুনা লৈকাই খুন্দগী লৈবিবা মাইগৈগী মতুং ইন্না মাইবনা মাই ওন্দুনা খুকমগনি।

৯ ময়াইদা লবাক ৩/৫/৭/৯ থাগনি, খাইকুবা, পুনবকপা পোৎ পুম্নমক লা মথক্তা থমগনি।

১০ উশিন শীনবা ঙমু অচংবা ১।

১১ কোনয়াই হুন্নবা সনা, লুপা পু ১।

১২ চাক থোংনবা চফু ১, উযান ১ খাবৈ, চেগপ, যোৎশবী।

১৩ যেঙ্খাং থোংনবা মবম ৯, ঙানু মকম ১, চাক যেঙ্খাংগী লুক ২৪।

১৪ লাপুন ৩/৫, লফাং চং থোকপা ৪, শিতাবা ৩/৪ (মচা ২৪ ফংনবা শেক্তুনা ১/১ মম হাপকনি)

১৫ লমদুবু কোনবা লাই অদু তুবিনা কোনবা ওইববদি মাগীদমক খয়োম অম্না শীদুনা তাইবদ যাওগনি।

১৬ খয়োম যাওগে হাইববদি হান্না শেমদুনা মযাইদা থমগনি, উশিনগী ঙাদুশু থমগনি।

১৭ মযামগীদি মফম চাবা অমদা চাবা যানা থোঙ্গনি অদুগা লাইগী চমাই যেংনবা চবান ফু থোংবদি খুকম্মিব মাইগৈ অদুগী ওইদা, যাদ্রবদি মফম অমা যেংদুনা থোঙ্গনি।

১৮ নুমিৎ অদুদা লমদাইগনি হাইদুনা লৈকাই খুন পাওঞ্জেনগনি নুমিৎ অদু তাইবা লোইদ্রিফাওবদি শিনশু শিল্লংবা লেপকনি। ইবমদা শিনশুশিন্দাং লবশু তাইবগী মতমদুদি থবক লেপকনি।

১৯ ঈশিং, শিং, যেন লমদাইদ্রিঙৈদা শোকশিন্দুনা থর্মাজিল হৌগনি।

২০ লোইবগা চাকথোং চফু অদু কোম অমা তৌবগা ফুমগনি থুগাইগনি, খাবৈদুনা কোম মনুংদা যৈশিন্দুনা থিংলমগনি।

২১ তাইবেন মনা মশা অমা, ঈশিং খবা (নাহাইনবা)।

২২ মাইগৈ ৪গী লফাং চং ৪, কবোক অথুম অহাও মৈবা বাখেশেন কফুৎ থাবিবগী মনুংদা থাগান, সফোইদ্ উপ্পা মযাইদা কৎকনি হান্না নহাইগনি।

## লাইশোল

**ঔৱাং লোমদ :-** লৈবোল নোংলোন ৯দগী ফত্তবা অযেৎ লাইবু কুম্লক্কনি হাইদুনা লাইচিংলেন কৌবনা লাইকিংলেন কিংনাইবা কৌনা ঙাক্লদো অমম্বা মবোল ৯দগী ফত্তবা লাক্কনি হাইদুনা মার্জিঙ্গী শাবোই ২০না ঙাকপিও।।

**নোংপোক্তা :-** নোংলোন ৯ মক্তগী কুমথি কুমগাংবা, মৈবি শঙাইশেন, অখাক অবাও লাক্কনি হাইদুনা লৈফুবেল কিনাইবা কৌনা ফম্বীবিবা কৌক্রুগী শাবোই ১৪না ফত্তবা লাক্কদবা পুম্ববু ঙাকপীও।

**নোংচুপ্পা :-** নুমিৎ ৭নি থা ১২ লৈহাং লৈথিংবা নোংলোন ৯ মক্তগী ফত্তবা লাক্কনি হাইদুনা পেংবি শানোই কৌনা থৌঙাইবনা থোংশংবিবিবা নফল্লাংদা অথুম অহাও খবদংবু কৎচবি থাংজিঙ্গী শাবোই ১৭ মক্লশু কুবিও।

**খাদা :-** নোংখোংবদা মতিন মকাংবু থোরক্কনি হাইদুনা নোংফুরেন কিং খিং কিংনাইবা কৌনা ফম্বিরিবা মাইয়োকথাবু লাংজরি, ব্রাংব্রেনগী শারোই ২০ নশু কুবিও।

**নহাইরোন :-** উংহৈ (৩) কেগ য়াইগ মোংগ য়াইগ থৌরি থৌদিল্লাং থৌরি থাব পোংথৌ তম্নীএ থাব মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নমিৎ মাবু লান্নংদে, য়ব্রা কোঙ্গাং শাগী মথং কুমজ ফালম থৌরগে থাজ ফালম থৌরগে পান্নরে শেংনরে হাউং হায়েং।

থৌবিতেং লোইবিতেং চেংলৈ ঙাই চরোইনা খোংদৌঙে হুইথৌনা চিনফেংঙে হুইজিল হুইযা থৌবনা য়াথোকঙে পুলৈরোম্বনা মবোন মরিন থোক্তনা অঙক অঙাও চুদুনা পুংফাইননা লৈরবদা তাইরেন নাবোংববু লুব্রাং অমাইবনা লাইজ খিকপেং চাইরবদা পুবৈরোম্বা মরোন মরিন থোকএ মিনম্বা থানম্বা লৈরনু পান্নরে শেংনরে হাউং হায়েং॥

**শয়াংলোন :-** হযম হয়াহে নহান্নোং মযুম লুবেললোক, লুরেল খুম্বীলোক, মান্তক থয়াইলোক, চিঙ্গোই পাওরল্লি মবি ইথৈখোং অচম্বা, লেম্লে কাপ্পা হাথবা পোম্বী নাওথেমচিং, থৌদু নুংশুম চিং, লাইনুরা ৭না হুন্নগা লাইবুংথৌ ৯ না ওক্লৌবা চিং, লাইবুংথৌ ৯না হুন্নগা লাইনুরা ৭না যারৌবা চিং, নুরা ফিবুল ঙাইরোই চিংদগী হৌমিন্নবক্কবা চিংঙু ইবুংঙো খোয়ুম লাইমিংথোই, খোয়ুম য়াইবী য়েলহৌঙেগী য়েলহৌ মচিনঙেদগী অমম লৈশা হৌরকপা; য়াইবি ওমথি হুমমোইনা খেরে নুংগুম তগুপহৌ, ফোইদিং নোংথাং তবংলেন, তরং লাইজ ইপোকপা, লাইমিংথোই নুংনাং চরাইরোই অহেনবা, কোরৌ কাপ্লিবা, ব্রাংবন কুবিবা, ব্রাংবনিংথৌ পাঞ্জুম্বা, হুপ্পাং মপান থা, চারি মউলিংনা, মীশেম্বোং কাইবি অহুম্মকপু নুংগুম পরিং লাংশমথা, উকা মাইথোং য়ান্না মালেম লৈশেম লৈহৌরকপা, চিংঙু ইবুংঙো নোংদম ইপা ইপুরেন, উংলৌ য়াইবিরেন শিদবা নোংদম্বা তেংবানবশিবু শাদম্বীদুনা অমম্বা মশকপু ঙালহল্লিবা শেম্বীবগী মশেমথোক্লা কুবিবগী মকুথোক্লা কোরৌ ঙসিদগী নৌহৌননা কোনজনবগী মকোম্থোক্লা কোনবিত্ত। নথানুংদা কোঞ্জন্না থম্বীও, ইংসো হেরিলে হেরিলে -ও হেরিলা ও হেরিলা॥

## পুংখস্বা য়ুমকোক্লোন

হুঁ হুঁ কেং য়োইগ মেনগ য়াইগ থৌকেং থৌবু লাংবু থৌদিল্লাংবু থৌকে থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, য়ব্রা কোঙ্গাং শাগী পোংথৌ মথংলেনগী কুমজা ফালম থৌগে, থাজ ফালম থৌগে ঙাল্লরে তেররে, নহান্নোং ককশানোং ইশা নোঙ্গী ইথিন নোঙ্গী খোংদৌ নোঙ্গী তুদেং নোঙ্গী কাইরা নোঙ্গী তেক্লা নোঙ্গী নমল নোঙ্গীবু থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, য়ুমশানা লমশানা তোকপনা কাম্বনা পিশিন নাওশংনা য়ুম্বীদা কৈখোংদা নারিন্দা উরাদা হুম্বুদা পরৈদা হোংলাদা, চানাদা ইরুদা কাইর নোঙ্গী তেক্ল নোঙ্গী নমল নোঙ্গী থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, ঙানুনা খুনুনা কাইরৈমা য়েনচানা তেকপী ওকচানা কাওরেন লমশন চানা য়ুম্বী কৈখোং পাইরিঙৈদা পরিং লাংশং হুনঙৈদা তৎলা নোঙ্গী কাইর নোঙ্গী, নাকথা পোনয়া ফমদা তৎলা নোঙ্গী তেক্লা নোঙ্গী কাইর নোংগিবু থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে। য়ব্রা কোঙ্গাং শাগী পোংথৌ মথংলেনগী চাকেং কুমজা পাল্লো থাজ পাল্লো নহান্নোং পোং খুৎ কাই শগাইবনা খুজেং পালোই পাইঙৈদা খুৎকাই শগাইবনা খুজিং শাজিং নুঙ্গীবু তেক্লা নোঙ্গী নমল নোঙ্গীবু থবা পোংথৌ তম্মিএ থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মিএ নুমিৎ মাবু লান্নংদে, কুমজা ফালম থৌগে থাজ ফালম থৌগে হা হা হা হুঁম হুঁম হৈ পান্নরশে শেংনরশে হা হা হা হুঁম পালহৌরো লৈহৌরো তেংবানবা মপুগী য়াথংনি।

## কুমহৌরোল

হয়ম কুম কুম কুমসনা কুমলিক্লাই ঔব্রাং চীংদা লান্দ কুম্মোই তিনবা কুম, কুম পোকপীনা পোকপীহল, তাইরোংনা তাইরোং হঙ্গেল কেল য়াঙ্গোই নিংঙোলবী লাংলেন মচৈশুনা ফৈনা ওনবা মকুমশা, খোইমা নারোম্মুংদা লাংজেং তোঙ্গ ফানা কাওরেল শন খোঙ্গুন্দা মিৎয়েংবিনা মিৎয়েং হৌবা কুম, হুইরেন্না পুংলেম্থোক থরোইনা নুঙ্গাই শানা হৌবা কুম কুম্বী মনুং ওইদেএ,

হৈক্রক্কা নাবেং থাংনা হৌবা কুমশু কুম্বী মনুং ওইদেএ, থাংজিংনা কেবাক থোক্লা হৌবা কুমশু কুম্বী মনুং ওইদেএ, লফু লানা লাতিং ফানা হৈফাং ফানা হৌবা কুমশু কুম্বী মনুং ওইদেএ, কুম নোংদম তল্লগে শি নোংমৈনে পাই নোংমৈনে কবি হেন্নে কবা হেন্নে কশা ব্রালোং খোমা ব্রালোং কশা তিলু ও কশা মাংদা চৎপা য়াব্রা কোঙ্গাং লাই, থিকতৌ থাদৌলাই, লাই মবম ১৭ মক নহান মখৈ অব্রা হুইশোই লাংনা লৈবম্বদো ঙসিদগী অনৌবা পুন্সি অমা হৌববনি অফবা নুংঙাইবা পিনবিবো পান্নবশে শেৎনবশে কুবি হৈবনা কোবৌ ঙসিদগী নোংদম্বীবো হযম হযম ।

## কোনয়াই হুন্দুনা চাংয়েঙ্গনি

হৌ (লম মমিংবু) লম্মহল্লো লমলেম্বু অনি থোকও লৈমুবোন লোন ৫ মক অপোক চনু তমপাক লৈশুক লৈশোই যাম্বীও ঐবু শিজবা মালেম লৈম্না অঙাংবনা মালেম লৈগা তাই, কোবৌ নোংলুম অপানবনা কোবৌ নোঙ্গ তাই, কোবৌ নঙ্গী নমিংদি কাং কৌই, মালেম নঙ্গী নমিংদি কুং কৌই, হৌ ফবি '১ .

***খঙ্গদবা :-*** সনানা মাং, লুপানা তুং ইল্লবদি যাইফবে খংঙো ।

## ঙমুদা উশিন তৌবা

হান্না ঙমুগী মযাদা চেং অঙাংবা ১, অঙৌবা অমা উমহনগনি। মাবু থাদোকপদা শিবোইদবা ঈশিং লৈবা মফমদা থাদোকপীনি।

***লাইব্রা :-*** *হে ঙমু নং পাখংবনা পুথোক্কুনা অতিযাদা পিবনিদো অতিযানা মখোং মখুৎ পান্দে অশিনদি নমু তাইবং ওইবা যাবোই নযাম্বনা শেম্মক্কদবা নমু তাইবঙ্গী মচা মশুনা লৈবিক লৈবাক থল্লবা মতমদা অব্রা লৈখম তানফংলবা মতমদা তাইবঙ্গী মহুৎ মবেং শিন্নবা লাইজ ইবোম্নুংদা লৈকবো হাইদুনা নংবু থাদোকখিবনিদো লৈকাই খুনশিগী মনুং মতম চাদনা মীশি মীনা থোক্কদববু নংনা মহুৎশিন্না পুখ্রো নংনা নকম নহা কোক্কুনা পাল্লবা মতমদা নংশু অব্রা অনা কোক্কুনা ননিংনখা তম্না পাল্লুবো ঐখোইবুশু অব্রা অনা লৈহল্লনু ।*

অসি হাইদুনা ঙমুদো ঈশিংদ চৎহনখিনি ।

## চফু চমাই য়েঙ্গনি

১ ময়াই তোংবা থমচেৎ মমাই শাবা ফৈ ।

২ থমচেৎকি মরু লৌথোকখিবগী মওংদা মখুল মখুল হোদুনা লৈবা ফত্তে ।

৩ নাকন অমা চেপথবা, চেপথবা মাইগৈদো পাংদে ।

৪ মপান্দা চগ্রিং পকপা ফত্তে।

৫ তোংখৎপা মাইগৈ অদুনা ফৈ খংনৈ।

৬ চাক্তা মচু তৈবা, অতোপ্পা পোৎ অমা য়াওবম্বা পাংদে।

৭ চেং মরু অমা য়ুংনা ২ / ৩ য়াওববদি মাইগৈদুদা ফৈ হাইনা খংনগনি।

৮ চফু চমাইদা লিল্লম নাইনা লিক্লম লৈরবদি ফত্তে ।

**খঙ্গদবা :**- লম তাইব লৈবাকশিগী খুলগী লৈকাইগী কংলৈগী মফম ১দা ল্লমদাইব তৌনৈ । লমদাইববু কুরাক লমদাইব হাইনশু কৌনৈ। মশিগী মবমদি লৈবাক অশিদ লৈরিব শরোই হাইনা খংনবিবশিংশিগী মনুংদা ঙাংনব তাইবংবু হাৎকনি হাইন লৈব শবোই অমা য়াওই। মহাক্কী চৎলম অশি খাংব ঙমদবদগী মাবু ব্বারক্লব হোৎনবদ মোইরাংদগী চেনশ্রগ খুমন্দ লৈখ্রে। মাবু তান্নবগ চেনব ঙমদনবা মখোংদ কুরাও হং চন্দুনা থমখি। মরম অশিদগী শরোই ময়াম্ন মীদ য়েৎপা মতম চাদনা শিব নাব থোকহনগনু হাইবগী তাইবংনা কুরাক লমদাইব হাইনা খংনখি ।



# রাঙ্গাল শঙ য়াওং শঙ শাব

১ য়াওংশং শাবদ ইহম য়াওনা শাব তারবদি মখোইনা অদুম শাংনা লৈব য়ানব শারগদবনি।

২ য়াওংশং অদু নুমিৎ য়েংন ইহম লেপকনি চাদ নাওদাব পুংলুপ শোইদনবা হোৎনগদবনি।

৩ মচা অদুদি তালোই য়ুমদমদ্রিবনিনা মাগী মিংদা ইহম লেপলোই। মথক্কি মপা, ময়াম্ব মপুনচিংবা ইহম লেপ্পা য়াব মী থিবগা মাগী মিংদ ইহম লেপকদবনি।

৪ লুহোংবা মমাংদা শাবনিনা নুমিৎ থা য়েংদুনা অচংবা থৱানমিচাক অফবা য়েংনা লাইনা লশ্মী লমজাওদা লৈবদ শঙ্গাবগী থৌরম পাংথোক্কনি।

৫ শঙ্গাব নুমিৎ অদুদা লৈফম, খুদা, মাইয়োকথা লাঙ্গনি।

৬ ইহম লেপখিব অহন নিপা অদুনা নুমিৎ ৫ নিদি অনৌবা য়ুম অদুদা লেক চাদুনা লৈগদবনি ।

৭ তুম্বা হিপ্পা মতমদা শং অদুগী ফমমেন কাদা হিপকনি তুমগনি। লুহোংবা নুমিত্তুদা ফম শিন্নগনি।

৮ য়ারিমখৈ লোইরক অহাংবদ কাঞ্চি মপা চাদন ফুঙ্গ, লাইরু, লৈমরেল থমগদবনি (ওইগদবনি) ।

৯ ময়াম্বা মপা অদুনা ইহম লেপ্প য়াদবা চহি মতাং ওইরবদি শাগৈগী ইপা ইতোন অমনা লেপ্পীব য়াই ।

১০ মাশু লেকপা চাবা ঙম্মোইদবা ওইরবদি মোংব য়ুমহৌ হাইদুনা লাইনিংথৌদা থৌগল ওইনা অপোক অশা অদো য়াওংশং অদুদা লাইনিংথৌদা কৎকনি।

১১ নুমিৎ অদুদগী তালোই অদুনা চিংঙু ৫ গী থৌগন লাংলনি ।

১২ লৈয়াব (বর)না লুহোংবা নুপী লৌব চৎলমদাইদা শোনবগী থৌরম অমা পাংথোকপিগনি। মশিমক্তি হান্না লাইমিং লৌব মতমদা খংগ্লগদব ঙাক্তনি। কাওখিববু নিংশিংব ওইনা পুক্লিং ইরু মাইতাবিবগী ব্রানি। লৈয়াব নিপা অদুদি য়ুমশাগী মতুং ইন্ন শুমাংলোমদা মাইওন্দুনা ফমগনি । মশিদি হোংবা য়াদ্রবা ব্রানি। শোনগদৌরিবা তাক্কতৌরিবা মহাক অদুদি ওন্নিংবা মাইগৈদা ওনবা য়াদে, য়ারিবমখৈ ঔব্রাং নৎত্রগা মমাং ওন্না ফমগনি।

১৩ লাই খুরুম্বা খুদিংমক খুরুমগদব মী মহাক অদুগী ওইদা হৈরুক, য়েত্তা পানা থমগনি মশি লাইরমলেনগী চৎনবি অমনি।

১৪ খুরুমগদব মহাক অদুগা ইরাৎফু য়াওনা খুরুম্বা তারবদা ২ দুগী মবক্তা হৈরুক পানা থাগনি।

১৫ ইবাৎফুগী ব্রাংমদা লাই অমা থমবা তারবদি (লৈববদি) ইবাৎফুগী ব্রাংমদা হৈরুক্লা য়েত্তা পানানা ওইদা থমগদবনি। (ওন্ননা থমগনি)

১৬ ইরাৎফুগী ব্রাংম ব্রাংমদ লৈয়াবগ শোনগদৌবিব মীগা ফমদুন শিন্তাক নোংদম্বীব তারবদি শোনগদৌরিবা মীগা ইরাৎফু অদুগা ২ দুগী মরক্তা হৈরুক ওইদ পানানা য়েত্ত থমগনি ।

১৭ লৈয়াবগী মাংদা হৈরুক পানা থমগে হাইরবদি বরগী ওইদা হৈরুক, য়েত্তা পানা থমগনি। মওং অশিদি বর ওইগদবা মী মহাক অদুনা মশানা হৈজবা খংজবা থৌরম্মু ইবাৎফুদা লৈহ্নন তম্বগী ব্রানি।

১৮ শোল্লিবা মহাক অদুনা লৈয়াব মহাকপু অপান্ননা লাইনি (লাই অমগী মশক্লি) হাইনা লৌরবদি থম্বা য়াই । অদু ওইববদি ইরাৎফুদা বরনা লৈহ্নন অমত্তা তম্মরোই।

১৯ মরম অশিনা কাইখ্রবদি কাংখুন্দা মপান শাৎপা, থিকনেম্বনা থা লাম্বা, মনানা হৈমাং শাবা পুম্মাং মাংই হাইবদু থোকই ।

২০ খুদম অমতং পিগে খংহৌনবা ঔব্রাংদা লাইশং মখাদা মাঙোপ লৈবা অদুগুম্বা মাঙোপ অদুদা ইরাৎফু লাৎপা তারবদি শোনগদবা ঐনা ঔব্রাং ওনগনি ঐগী ব্রাংদা ইরাৎফু থমগনি, লাইশংদগী কৌথোক্কুনা

তাহনগে য়েংহনগে কুবিয়ু চানবিয়ু হাইনা খুকমগে হাইববদি ইবাংফু অদুগী ঔবাংদা খুদা অমা থাগনি, খুদাদুগী মখাদা (মখা থংবদা) হৈক্ক পানা থাগনি। শোনগদৌবিবা মহাক অদুগী ওইদা পানা যেত্তা হৈক্ক থমগনি। মবম অশিগীনি মাগোপ্তা শকপা শোনবা খুকম্বা মতমদা লাইশং থোং লোল্লিবদো।

২১ য়ুম অমাদ শুমাং য়াওনা মথৌ অমা তৌবা তাববদি মক ওইনা (অশি অনাগী) উহং = (তুলশি) পাম্বী অদু লৈমাইদগী খুদোল ৪ কাবা ফাওবা চবৈ থোনগনি।

২২ হান্ন হৌদবা অনকপদগী পাম্বী ১ নৎত্রগা মশা অমা থেক্লুবগা যুংশিন্দুনা ফিশেৎ তম্বদি তোনা কংদে হাইনবদো অশিনি ।

২৩ তঙাই ফদনা লান্ন থৌবম, লুথাংথৌ = লৈহুন, (৫নি /৬নিগী) ফিবোই থৌবম ৩ হাইবদি অশি অনাগী থৌবমদদি ফি থোনগনি অতৈ থৌবমদুদি ফি থোল্লোই।

২৪ লুহোংবগী নুপী থিল্লকপদা মৈ ওকপা মৈহুম মৈখাক অদু নুমিত্তুগী থমফম লৈতদুনা উহং মখোংদ থম্বদো অথুবা মতমদা লৌথোক্কদবনি মৈশা লাংহনবা ফত্তে ।

২৫ নুপানা খোংশানবা মতমদা নিংশা অহোবা যেংনা খোংশানগনি হাইবদি নোংমাই, লৈবাক, শগোল, থাং নুমিৎ ৪ অসি যেত্ত. নিংথৌ, য়ুমশ, ইবাই নুমিৎ ৩ অশিন ওইদা লৈবদা খোংশানগনি।

২৬ যুমগী মীনা অফ ফত্ত খুদিংমক য়ুমদগী খোংশানবা মতমদা উহংবু যেত্তা থম্মগা চৎকদবনি, হল্লক্কদবনি।

২৭ নুপী থিল্লকপা মী অতোপ্পনা কবিগুম্বা থৌবম অমগী যুম অমদা চংঙকপা তাববদি উহংবু যেত্তা থম্মগা হাইবদি উহঙ্গী মখাবোমদগী চংলক্কদবনি ।

২৮ শামুদা থিনগে হাইবগা থোঙ্গান্দ কুমগনি, দোলাইদ থিনগে হাইবগা থোংগান্দ খাম্মগা চংলকপদা মৈ ওকপা নৎত্রগা উহঙ্গী মখা মনিং

ওইনা খাংলেনফম শোকহন্দনা খামগনি অদুগা মৈ ওক্কুনা উহং খুকমহল্লগা ইমুং চঙ্গনি, ইহম, লাইক, লৈমবেন, লাইনিংথৌ খুকল্লগা ফি হোংদুনা পোথ্নগনি।

২৯ নুপানা চৎলমদাইদ শোনবগী পোৎলমশিংদি লুহোংফম য়ৌদুনা খুদাথক্তা ফম্মম্মনি হাইবা মতমদা শেংদোক্কনি।

৩০ নুপীগীনা লৈহুকপা লোইদুনা ফম্মিন্নববা মতমদা শেংদোক্কনি। অশোই অঙাম য়াওখিদুনা পেন্দবা লৈববদি নিপা নুপী চংঙগা ফম্মীন্নবা অদু ফাওবা থমগনি ।



# শরোই খাংবা

১ খুল লৈকাইদুগী হবাওফমদা খুঞ্জা লৈকাইদুগী ইমা ইবেন পুনগনি। মানা মানা লৈজবা মনা মশিং হব্রাই চেংব্রাইনচিংবা পুনবক্কুনা মফম অদুদা থেনগনি।

২ হবাওফম লৈত্রবদি খুন্দুগী অহন, লৈকাইদুগী যাইতোংবা মাগী যুমদা পুনগনি।

৩ খুন্দুগী মাইগৈ ৪ দা যেম্থোক্কুনা পোৎ চৈ পুম্নমক মাইগৈ মাইগৈ নাইনা চৎনগনি। লৈকাই খুন্দুগী মাইবী লৈববদি মহাক যাওবা ফৈ, লৈত্রবদি নুপী ১না পুং মাই পাকপা পুব ফৈ। কবিগীনো হাইবগদি শবোই খাংব লাক্কে খংনবনি। মাইবী য়াওববদি শনিক নীক্কনি।

৪ যাওগদবা পোৎচংদি হৈবী মনা শিংজু, কবোক অফাব, পুকযু ব্রাইযু হাইনা খংনবা (যামগ ঈশিঙ্গ) তিন্নব মহি, মনা মশিং, হবাই চেং পুম্নমক পুগনি ।

৫ মাগী মাগী, লমলমগী লমখৈদা খুনগী তাবিব মওং, চৎলিব লম্বীগী মতুং ইন্না মাই ওম্থোক্লা পবেং ৩ নৎত্রগা পবেং অমতং লাশেৎ ২৪ থাদুনা হাপকনি। লেং অহুম থাগে হাইবগ মাংদ ৯, মথংদ ৮, মথংদ ৭ থাগনি, মৈবাদি যাওবোই ।

৬ ঈশিং খবা তাইবেন মনা অহুম লোংবা মনা মশা ১, পোৎ চৈ থাব লোইবগ নাহাইগনি, কৎলিব পোৎ পুম্বা পোৎচৈ থাগ্রবদি চৎথোক চৎশিন তৌদুনা কানব যাদে ।

৭ পবেং থাবিবদুগী মযাইদ ওইদ চৈখৈ ৭ ফৈনা ইশাবোমদগী হৌনা চিঙ্গনি। যেত্ত চৈখৈ ৭ থক্লোমদগী হৌনা চিঙ্গনি, মযাইদ পলান্দবী ৫ তাবি যেক্লগা ফত্ত হৌদি পুম্নমক (থিং) হাইনা চিঙ্গনি।

৮ লোইরগা হান্না পুনফম ওইখিব মফমদুদা পুল্লগা ময়াম চামিন থকমিন্নদুনা নুংঙাইমিন্নগনি।

৯ হাইরিব মওং অশি মাইগৈ মরিমক খাংঙুরবা তুংদা পুনগদবনি। চৎপা মতমদা নুপী ৩/৫/৭/৯ চৎকনি অহানবদা ঔৱাংনা হান্না খাংলুগনি, খানা কোনগনি।

১০ মতম অমতদ পাংথোক্লবা মী লৈত্রবদি অরৈবা নুপী ৩/৫/৭ চৎলগা ঔৱাঙ্গী নিং, মাং খাংলগা খাদ লোইব য়াই । তৌবদি তাইরেন মনা অহুম ফাংব, ঈশিং হান্ন নহাইগনি।

১১ শোনগদব লাইশোন চপ মান্নে ।

**লাইশোন্দি** - লাইবুংথৌ ৯, লাইনুরা ৭, য়াখমলোই ৮, কৌব্রু শরোই ১৪, থাংজিং শরোই ১৭, ৱাংব্রেন শরোই ২০, মার্জিং শারোই ২০, পাখংবা শারোই ২০, অতিয়াগী শরোই ৭১ নখোই পুম্বগী নচিঞ্জাক পীরবনি খুল লৈকাই অশিদ মীশি মীনা থৌদোক ৱাথোক মনুং মতম চাদন পীগনু ফত্তব হৌদিব পুম্নমক হাওরৈখা পাংনা হোইথরগে চিংনুংহুৎ তান্না ৱাংমা লান্ন চৎখ্রো অয়েৎ লাই পুম্নমক লাইগী চৈখৈ ৭/৭না পনথিংলে, মীগী চৈখৈ ৭/৭না পনখারে থিং থিং থিং থিংলবনি ।

মতাং অশিদা শারোই খাংবা লোইরে ।

**খঙ্গদবা** : করম্বা মতমদ শারোই খাঙ্গদগে ?

মফম মফমদুগী শরোই খাংব মতম মান্নদে লম খরদি ফাইরেন্দা, খরনা ফাইরেনগা লমদাগা অদুগা খর অমনা লমদাগী থাংজ অহানবগা থাংজ অকোনবগ খাংঙি। চাওরাকপ মরমদি নোংদালাইগী মমাংদ লৈবাক অশি উমংলাইনা মনিং তৌনা লৈরম্মি। মখোইনা মীবু ওইনৈদুনা অৱাব পী হাত্তোকই মাংহল্লি। পুম্নমক অশিবু লাইয়ে হাইনা হৌজিক ফাওবা খংনরি। মোইরাংদা লৈরম্বা হেঞ্জুনহাবু মফম খংদনা মাংহনখি। অশিগুম্বা মওং অশিবু খাংবা ঙমদবদগী চিং ৱাংমা লান্না চৎনখি। লাংব চক্কি চহি ৩১০৮ চংব

ইঙাগী ১৫নি পানব শগোলশেন নুমিত্তা নোংদালাই পাখংবা শাথোকপিদুনা উমং লাইশিংবু মপুক পেন্নব অনৈ চাজ খাংদুনা পীজখি। নুমিৎনা লমদাগী থাংজ অহানবগা থাংজ অরোইবগা শরোই ঙারোই, লারোই শিংলোই পুম্নবু অশিবু তমজনা খাংবনি। থৌরম অশি য়ুমদা লনাই ওইনা খাঙ্গে হাইরবদি চেং খুৎলাক ৯, য়েঙ্খাং মরোন ৯, ঙানু মরুম ১ য়াওনা লুক ২৪ থাদুনা খাংনৈ। চহি অমগী মনুংদ অনিরক তৌগদবনি হাইদুনা মরুশিংনা থম্বীরম্মি।



# খুঙ্গোং লাৎপা

থৌবম অসি হান্নদগী হৌনা তৌনবক্তে। হান্নদি সবোই খাংব হাইনা লম-লম অদুগী চৎনবি মতুং ইন্না ফাইবেন থাগী অহানব থাংজগা লমদা থাগী অহানব থাংজগ নত্রগা অকোনব থাংজগদা পাংথোক্লে । চপ চানা তৌফম থোকপদি লমদা থাগী অহানব থাংজগা থা অদুগী অকোনব থাংজগ পাংথোক্লে। কবিগিদমক পাংথোক্লখিবনো হাইবদ মোইবাং লমদমদা হেঞ্জুনহা কৌবা অমা শবোই ঙাবোই উমং লাইশিংনা মফম খংদনা হাৎখি ।

মতম খব লৈবগ লাইস্নমা মবুংঙো কোঞ্জিন্তুংগোকপদ ইচা অমনা উজবগা ইচা অর্মদি উব ফংদবশিবু লাইস্না ঐগী কবি ইবান লৈবনা উদবনো তোইনা হাংজববদ মবুংঙোনা লাইযামসিংদ ৩স্মুবদগী ইমা লাইস্নাবু উনজনিংবদগী থক্কি চক্ত হৌদোক্লুনা শান্নখিব শগোল কাংজৈবু ইমাগী মফমদ উৎখি । ইমানা লাইযামগী পেন্নব হাইদুনা অনৈ চাজবু লাইযাম্ন নিংবা থুংনব পিজখি । অদুগা থা অদুগী অবোইব থাংজদা অমুক শগোল কাংজৈ শান্নখি। থৌবম অশিদশু ইমানা অনৈ চাজ পিজখি ।

থৌবম অশিবু কাওদনব চহি খুদিংগী লমদাগী অহানব থাংজগা অবোইব থাংজগা উমংলাই শবোইশিংদ পিজনৈ। শবোই ঙাবোইশিংনশু মপুক পেল্লদুনা লৈবাক অসিগী খুঞ্জা খুঙ্গং খুদিঙ্গী মনুং মতম চাদনা, মীশি মীনা থোক্তনবা হোৎনৈ। অদুগীদমক শাবোই চাক খাংব কৌনা শবোই খাংনবনে।

মখল অমনা ইঙা থাগী অঙনবদ লমদাইব হাইব অমশু শবোইশিঙ্গ লমদুবু কোল্লিব লাইবু ওইববশু মীবু ওইববশু মাগী শকক তম্ন পিনৈ। মশিনা কুমদুগী মহৈ মবোং চুমহল্লু, ফৌগৈ চেঙ্গৈ থলহল্লু, লৌবোক পানথা নুংঙাইনা

খোঙ্গং খুৎকংনা ফৌগাহল্লু ময়াম চামিন্নবদ পুক থন্নব হাইদুনা শরোই, ঙারোই, উমংলাইশিংবু তাইনৈ । ঐখোইনা হাইগদবা শরোইশিংদি লাইবুধৌ ৯, লাইনুরা ৭, য়াথমলোই ৮ (পাখংবা শবোই ২০, অতিয়াগী শরোই ৭১) কৌব্রু শরোই ১৪, থাংজিঙ্গী শবোই ১৭, ব্রাংব্রেনগী শরোই ২০, মার্জিংগী ২০ শবোই ময়ামশে চিন্নদং হাইরগা পুন্ন ২৪ শিদং পিবদ য়ানখি ।

থৌবম অসি অশুম চথবকপনা কনাগুম্বা খুঞ্জাদ শরোই খাংদনা খুলবু কোল্লিব অশি লাংচগে হাইদুনা শরোই খাংব তোক্লগা খুম্হোং লাংপা ওইনা লাংনখিব য়াওখি । লোইয়ুম্বা নিংথৌগী মতমদ হৌদোক্লগা লোইতোংব নিংথৌগী মতমদগী খুম্হোং লাংপা ফজনা চথবে। মশিদ চংব পোংচঙ্গ শবোই খাংব লম তাইবগী পোংচঙ্গ পোংচং খবা খেংনৈ। খুঞ্জাগী মীতাবোইদব অহাংব মফম অমদ মাইগৈ ৪ কবোক হৈবোক, পুকয়ু-ব্রাইয়ু, তৈবী মনা শিংজু মাইগৈ ৪ লুকথা ২৪ চেং, খুনু পু ১, (১না কৌব্রু ওন্ন খুম্হোং লাইকৌবদ পিগনি। ১না মথা ওন্না ব্রাংব্রেনগী শবোইদ শিদ নাদব পিবিয়ু চাকহোং ফহোংনা পানজববু খুঞ্জা অশিদ পিনবিবম্মু হাইদুনা লাংকনি ।

লৈবাক্কি ওইনা নিংথৌকোন্দ কংলাদ পাংথোক্লগনা শবোই চাকথাফমদ তৌগনি। য়ুম য়ুমদ লনাই পাংথোক্কে হাইববদি শঙ্গোইগুম্ব অমদ পাংথোকপা যাই। চাকচাদি য়েঙ্খাং মবোন ৩ (চমফুৎ, অথোংব, অনোইব) অশি পিজগনি। নত্রগা য়েঙ্খাং মরোন ৯ গা চমফুৎকশু য়াই । থক্কি মকশিংনা পিজবদি চমফুৎ, অথোংব, অনোইব অশিনি হাইনা তাকপিবম্মি ।

পিজগদব থাদি লমদা থাদ অমুক পিজরগা (থাংজদা) লাংবন থাগী অরোইব থাংজদ অমুক পিজগনি। শজিভু থাগী থাংজদা অহানব পিজবগা মেরা থাগী অরোইব থাংজদ অমুক চহিগী ওইনা পিজগনি। মশিদা পীজগে হাইরবদি য়েঙ্খাং মরোল ৩ থোংদুনা পিজগনি। চহি অমগী মনুংদ অনিবক পিজগনি হাইনা মরুরোলশিংনা থম্বীরম্মি ।



# পিবা হাপ্পা

## হান্না খঙ্গদবা

১ শাগৈ য়েক অদুনা হান্না হাইবদি যুম্লাক অদুনা হান্না তাবকপা মফম লম অদুদা অপোকপগী খুবম শাগনি। পিবা অদুনা অদুগী খুবম শঙ্গনি। মানা লমদ হোংব তাববদ শংবিহৌগদবা লৈত্রবদি মানা হোংবা (লৈকুগদবা মফমদুদা) অপোকপা থমগনি ।

২ শাগৈ য়েক অদুগী চহিগী থা, থবান শাগৈদা পাওজেন্দুনা খংহনগনি।

৩ য়েক অদুগী ইপা ইপুগী লৈ, ঈশিং, নাহাইপোৎ, নুঙ্, থাঙ, হৈ, ফিগী মচু মুন্না খংদবা যাদে, য়েক য়েক অদুগী পুকোক্লা কবি থাদা থবান কয়াদ থোকখিবগে খংগদবনি। থা অদুগী থবান অদুদা অপোকপা খুকম্লবা শিনগদবনি।

৪ লুৱাং য়েক্কি খুকমগদবা থা - পোইনু থাগী ১৫নি পানবা থানিল যুমশকৈশা নুমিত্তা শাথোকখি মবম অদুনা পোইনু থা অচংবা য়েংলগা অপোকপগী থৌ পাংথোক্কনি ।

| | | |
|---|---|---|
| লৈনা | - | মেল্লে/খোঙ্গল্লে |
| নুঙ্না | - | নাপু/অঙাংবা চংবা ময়ুং নাইবা |
| লানা | - | চংবি লয়াই |
| ফিনা | - | নাপুগী ফি |
| ঈশিংনা | - | লমফেন পাত্তগী/লুৱাং ঈদগী |
| থাঙনা | - | তোন্দুম্বা = মতোন তুম্বা |

পোৎলমশিংশি চঙ্গনি পিবা মানা খংগদবনি । (অতৈদি অপোক্রোন্দা য়েংঙু )

৫ পিবা মানা কবিগুম্বা লাইনা অমদগী মখোং মখুৎ শোইনাইববা, ৱাখন চোইদুনা অফ-ফত্ত খন্নবা যাদবব, অদুগা পাপ্রা ওইববদি পিবা অমা শিনগনি ।

৬ পিবা সিনবা (হাপ্পা) মতমদা (নুপা-নুপী) অনিমক থকখন খন্দুনা মশাগী যেক্কি ঈশিংন ইহৈদুনা ইক মাইতাবিগনি। যেক্কি ফিচু শেত্তুনা শাগৈদুগী ঙমজবা অথেনপোৎ অমা শেমদুনা মাইয়োকথা লাঙ্গনি। (নুপীশু মশাগী যেক্কি ফিমচু শেত্তুনা ফমগনি।)

৭ পিবানা অপোকপগী লুক হৌগনি, চমাইদুনা খাওবুনাইদা পিবগা লুক ১ নৎত্রগা ৩ পু অহুমদা কৎকনি ।

৮ চহিগী লেপ্পখিবা নুমিৎ অদু তেক্ত কাইদনা পিবানা পাওজেন্দুনা খুকুমগনি । পিবাগী ইমুংদা অকাইবা মীশি মীনা থোক্কুনা যুম মাংবা তাববদি থৌবম অদু পোথাগনি। শাগৈদুগী যুম ১না যুমমাংবা থোক্লবদি যুম অদু যাওদনা থৌবম অদু কাইদনা চথগনি ।

৯ হযেংনি হাইবা নুমিত্তা পিবানা অপোকপদা লৈতুম ১, লৈ অঙৌবা ১, লাদা হাপ্তুনা পাওতাক্কনি ।

## পিবা হাপ্পা মতমদা

১ মশা শোইনাইবা যাদে, মীনা হঙ্গোইগদবা লাইনা লাইথুং লৈবা যাদে। পিবা ওইববা মতুংদা থৌবম অশি থোক্লবদি মশানা যানা পিবা ফম থাদোক্কদবনি ।

২ মচা নিপা যাওদবনা পিবা ওইবা যাদে। যাওববশু তুমন লৌদুনা মচা নিপা পোক্লবশু পিবা ফম ওইবা যাদে ।

৩ মশাগী মচা অমত্তা লৈজদ্রবদা পাবি পুবি তিন্নবা ইপা ইতোনগী মচাবু পিবা মানা যোক্কুনা মচা ওইবা য়াই নত্তদুনা যেক মফম খংদবা অঙাং অমবু যোক্কুনা মচা ওইনা য়োক্কে হাইববদি শাগৈগী অহল লমন্দ তাক্কুনা শাগৈনা লৌখৎলবদি যাই নৎত্রবদি যাদে ।

৪ শাগৈদুগী মীশি মীনা মওং'চাদনা শিখিব নাখিবগী চুক শাবা তাববদি পিবাদা তাক্কনি পিবাশু য়াওদবা যাদে ।

৫ শাগৈনা যাদবা থবক তৌববদি পিবা লৌথোকপা যাই অদুগা অমা শিনগনি ।

৬ যেক তিন্নবা লৌবনা পিবা ওইবা যাদে ।

৭ শাইকক তিন্নব হাইবদি (মমাদি অমত্তা ওইবা মপাদি অনি শুবা) অদুগী মচা অনিদু লৌবনা পিবা ওইবা য়াদে ।

৮ ইপু ইবেন ১দগী শখাই অনি থোক্কুনা লৈনবা অদুগুম্বী পেলোন তিন্নবা নুপী লৌদুনা পিবা ওইবা যাদে ।

৯ মপাগা পোকমিন্নবা মচে, মচন মনেগী মচা লৌদুনা পিবা ওইবা য়াদে ।

১০ মচেনা মনাওনা, মনাওনুপীনা মযাম্বনা লৌবা মিঙ্গৌ ওন্নবা অদুনা পিবা ওইবা যাদে ।

মথক্তা হাইবিবা ব্রাফম অশিগী মতুং ইন্না ঙসি .... ...... থাগী ...... নি পানবা .......... ..... নুমিত্তা .......... ... . য়ুম্লাক্তি শাগৈগী .................... মিংবু অপোকপা .................................. বু শাগৈ অশিগী পিবা হাপ্লে। থক্কী লাইবমলেনগী কাইদনবা শাগৈগী অহল লমন য়াওনা ইক্ক মাইতা ইহৈদুনা পাবি পুবিগী থক খাবু কাইদনা ফম্বাল তোংলে। ঙসিদগী শাগৈ অশিগী অশোই অঙাম লৈতনবা ইপা ইমা শক্ক নাওকোনবিবনি হাইনা পিবা লৈমবেন অনিমকপু পুকম লৈপাইনজবি ।

